Regd No RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol No 72




9TH YEAR OF PUBLICATION JULY 1987 INGEL 3384

মনাম্বহী লাইনীং, পুন্সিরোল, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোন হুলা, ইনাং,
লোইনসিলোনগী অমত্ত ভাইব সলাই পুন্সিফমগী থাগী চেফোং

- ★ তোপ তোপ্প কংলৈচাসিংগী মোইবুং কাংলোন
- ★ পাক্কর ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপ
- ★ পুয়া রাবৌদ থাংজৌং
- ❋ পুন্সিরোন মচা
- ● ইনাংকী পুক্কৈদ পেনা




মসি মীহৌরোনগী রাবিনি
অফাও ওফাওবগী রারৌ
মাইবগী হিদাক খাউ
সিদ হীদাক, চীন-কংজ্ঞ
পেনা অমুক লায়ব
ঈমালোল নৈনরসি
কনান কনানো ?
অদোম্ন খওবিগ্রবরা ?
কংলৈখোল মরুপ
কৌক্রুগী লেম্ফু খোমায়ব

হা ঈমা ঈমা ও
ঐখোযম্ন লাক্কে ঈমা ও।
নোং চুই লাক্কনু
যেম্পাক তুপ্পুন মলাক্কে।
লম্বী নাম্লি লাক্কনু
চৈস্নু স্নুহুন মলাক্কে।
ঐখোয়ন হায়ং চাউবগ
চাউর রাঙ্গোল ফাবগ
সঙ্গেন থোংগী থোংযাইদ
সমু তোংহুন লাকপদ
ঈমা নংবু কাউজরোই।
হা ঈমা ঈমা ও।

ঈপাম মৈহৌরে লাংচি মৈচাক্লে ইহুনিংথৌ লৈতবরাখাম্বী মৈকল্লো।

# থৌসিনকোনগী ঈ-পাও

**সনামহী চেংহোংব পাংথোকখ্রে :**—হৌখিব জুন ১১, ইঙা ১৫ সগোলসেল মুমিত্ত সলাই পুন্সিফম সংলেন্দ সিন্দম্লোয় পিবা চম্নুরা ৫০ মুক্ত সকক য়াহুন 'সনামহী চেংহোংব' থৌরম পাংথোকখ্রে। মুমিং অসিদ লাইনিংথৌগী মফমদ চেংবা হৈহুন সিন্দম্লোয়সিংন থৌনিখি। কৈ· চা চাউবীন ইরাৎপিবা অমস্তুং কোইঃ চা থোইবন পেনাগী থৌগল ভৌবাহুন থৌরম অসি মপুং ফান পাংথোকখ্রে। লোযনন চাক্লেন অমস্তু লংখি।

সলাই পুরেল উজান মুমিৎসিদ নহাবেলসিংগী ওইব রাস অম সিন্দম্লোই পিবাসিংগী মফমদ পিরিখি।

**সিন্দমসংগী অহানব সিন্দম্ব লোইসিনখ্রে** —এপ্রিল থাখাই অমস্তুং মে থাখায পুন্ন থা অমবোম চুপ্ন সলাই কাংলোন সিন্দমসংন চথরকপ পুন্সিরোল লাইনীংগী অহানব অমস্তুং অনিস্তুব সিন্তাব (সন্ধ্যার্ধ) কী সিন্দম্ব লোইসিনখ্রে, চাংয়েংস্তু পাংথোকখ্রে। চাংযেদ নায পাকপ সিন্দম্লোই পিবা চম্নুরাসিংগী মিংদি মগংগী পাউদমদ ফংবিংগনি।

**অনিস্তুব সিন্দম্ব হৌবগনি :**—সিন্দমসংগী পুন্সিরোল থাংনিংগী অহানব সিন্দম লোইসিনখিবগ লোয়নন অনিস্তুব সিন্দমস্তু হৌনবব সেম সাখ্রে। অথুব মতমদ পাংথোক্লনব সিন্তাকলোয় সংকল্প কল্লব হৌখ্রে। অহানব সিন্দমদ য়াওহৌদব সিন্দমলোযসিংনে অনিস্তুব পাংথোকপ অসিদ য়াওবিহৌনব সেম সাবিনব মাংজোনন থঙহনজরি।

**সলাই এদভেনচর ইউনিৎকী তেংবাং কুম্মৈ :**—সলাই এদভেনচর ইউনিৎ (থুন্থোক লুপসা) গী তেংবাংগীদমক লৌখিব "লোম্হো-ক্তবগী রারী" কৌব তেংবাং কুম্মৈ অম জুন ১৪ নুংথিল পুং ২ দ এম, দি, ইউ, হোলদ উংখ্রে। ইউনিৎ অসিবু নুংসিবীবসিংন তেংবাংবীরকপদগী কুম্মৈ অসি মপুং ফান পাংথোকখ্রে। +

# KHORIROI SANGLUP
## ( Editorial Board )

**KANGLEIKHOL**

**Office of the Kangleikhol**

**(Regd. No. RN 34203/79 New Delhi)**
**R.M.C Road, Naga Mapal, Imphal**
**Pin : 795001 The largest circulated Journal of its kind in the North East Region of India.**

## তোপতোপ্প কংলৈচাগী মোইবুং কাংলোন

মালেমগী মকম কয়াম মোইবুং খোংবগী কাংলোন লৈমৈ . অদুবু কংলৈচাসিংন হৈরিব মোইবুং খোংবগী কাংলোন অসিদি পুমতোপ তোপ্প অমনি। পুমতোপ তোপ্পগী অচৌবা অসিতমু নত্তে, মোইবুংগী খোনজেল খোম্হোক্তসু মতৌ তম্ব ওমদবমথৈ থাংন লৈ।

## মোইবুংগী সক্তম্ব রাগী

"রাচেংলোন পাথুপ" কৌব পুয়াদদি মোইবুং সিজিন্নবগী রা ময়েক সেংন য়াওরি। লাইসিংন দূব (পাম্বব) পোৎসিংগী পক্লিং নীংথা-রকপদ মোইবুংবু খুৎলু ওইন পায়ব সনামহী লাইনিংগী লাইসিং পুয়া অসিদ য়াওরি। অতোপ্প পুয়াসিংদসু মোইবুং সিজিন্নবগী রা ইরি। অহুনদি মোইবুং অসি লিরব মতমদগী কংলৈচাসিংন সিজিন্নরকব খোংন-পোৎ অমনি।

মতম অমদ কংলৈপাক অসি ঈপাক ঈচাও (সমুদ্র) ওইন লৈরম্মী। কৌরক চীংসু ককপদ কংখির ঈপাক ঈচাওগী তা (সমুদ্রগী তা, মেরাইন ফিস) 'কঙ্গ' হায়বসিগী কোশিল কংখিব অহুন চেনব শায়রোইদব পুলম্মি।

কৌবক চৌংথক মেরোইন ,কিস 'কত্তল' গী মক কুমহৌন লৈরগ অসিন তাকপদি ঈপাক ঈচাওগী পোংথোক কয়া কংলৈপাক্তগী ফংলম্মী হায়বসিনি।

মোইবুং হায়বসি ঈপাক ঈচাওগী পোংথোকনি। ঈসিং কংথব মতমদগীন য়াম সাংন মোইবুংগী পোংথোক অসি কংলৈপাক্ত ফংলম্মী। ইকুই কুইদন সলাই খুম্হোক লুপসান (সলাই এদভেনচর ইউনিংন) লাংগোল চৌংগী থিজিনব থৌরম অম পাংথোকখিবদ লাংগোল লৈমলোকত মোইবুংগী সাগৈদ চনব কায়থরব থরোই অচৌব অমদগী পুমথেন খেন্নব ফোসিল অম থেংনখি। সম্ম হায়রবদ মোইবুং অসি মতম অমদ কংলৈপাকত ফংলম্ব পোংসক অমনি। ঙসি ফাওবদগী কংলৈপাক্কী চৌংথুংহুংকী ঈথিংন থম্বাগী চিন্দুইন তুরেলদ তারগ ঈপাক ঈচাওগ (সমুদ্রগ) সম্বহুন লৈরি।

করিগুম্বা মতমদগী চৌংথুংহুত্ত ঈপাক ঈচাওগী (সমুদ্রগী) ঙা অমসুং থৌরায় পানবসিং ফার য়াওরি, উব য়াওরি। অদুন মোইবুংগী য়ারীদ—মতম অমদ ফংলম্বগ অমুম অমুম মুৎসিল্লকুব সাগৈ অম (স্পিসিজ অম) মোইবুং অসি ঙসিগী মীরোন্দ ওইরে।

## মিংথোল

'মোইবুং' হায়বগী মিংথোল অসিমক কংলৈলোল অসেংবনি। করিগুম্ব লোল অমত্তদগী তাংলুব নত্তে। থরোই অতৈন মরৈ পরিং সাংন তাইদনা মায়ন কোইরগ লেম্বন থাই। অদুগ মোইবুংগীন মমাং সাংদানৈ অদুগ মরৈ পরিং থোক্লে, মমৈ পুংন লোইসিল্লি। চাউবদগী মরোইগী সাইগেদগীদি য়াম হেল্লি, মপুং কায়। অদুন 'মমৈ পুংই' হায়বদগী (মাংলোকত্তে) মৈ + পুং মৈ + পুং = মোইপুং = মোইবুং ওংবকলগনু য়াই। 'মৈ' হায়বগী মাহৈ অসি পুয়া থরদ বেঙলী খোম্হোক

চংবদগী 'মোই' হায়বা ইনৈ। 'খোইবা' ইবদ 'খৈবা' গী লোলচন (বানান) ইরি।

বেঙ্গলী খোঙজং অসিন 'মৈপাং' দগী মোইবুং ওইন খোঙ্গোক ওন্নকখিবস্তু ওইরম্ব য়াই। তোঙান্ন লোলগী হৌরকফম অম থিরগন্তু মপাং হেন্ন ফাব হৌরক্লোন লৈরম্বন্ন য়ারি। অদুবু পাম্নমক অসি থম্লগ মোইপাং—মোইবুং – মৈপাং—মৈবুং পাম্নমক অসি কংলৈলোল ঙাকতনি। অতোপ্প লোলদগী লৌব মম্নিংদি নত্তে।

## খোংবগী কাংলোন

খোংবদ কংলৈচাসিংন সিজিন্নরিব মোইবুংগী খোঙ্গোক অসিদি মালেম পান্নমক্কগী তোঙান্নি, অন্য মপাং ফাই, হেন্ন ফজে, হেন্ন লুই, খোল্লে হেন্ন পাখোকপস্তু ওন্মী। অদুন মালেমসিগী মফম কয়াদ কংলৈ-চাসিংন খোংব মোইবুংগী খোনজেল তাবদ ওক্তব লৈতে। হন্দক্কে তৌখিব সোভিয়েৎ রুসিয়াদ পাংথোকপ ভারতকী ঈনাংকী থৌরমদ খঙহৌদন মোইবুং খোংলকপ তাবদ রুসিয়াগী প্রাইম মিনিস্তর অমদি মাগী মুপী লোয়নন রুসিয়াগী হায় ওফিসিয়েল কয়া ওকখি। ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর রাজিব গানধিন রুসিয়াদ উ থাবগী থৌরম পাংথোকপদ কংলৈচা আর্তিস্ত ৪ ন মোইবুং খোংলকপ তাবদ থৌথোক অসি থোকখি-বনি। অঙকপ থৌথোক অসি ভারতকী তেলিভিজন থৌরমদ রিলে তৌদুনা উৎখি।

কংলৈচা আর্তিস্ত ৪ অদুবু থিরগ রুসিয়াগী প্রাইম মিনিস্তরন মোইবুং অসি য়েংখি, অমুক হন্ন খোংহন্দুন তাখি। অঙকপগ লোয়নন কংলৈচাসিংদুবু তোঙান্ন পাগৎ য়াহৈ পিবিখি। অদুন মোইবুং-কাংলোন অসি নিংথিন মসক তাক্তুন মালেমদ লেমজনিংঙাই ওইন সাগোর্ল কাং-জৈগুম পুথোকপদ মায় পাক্লগদব তাঙলব ঈনাৎ অমনি। +

লাইনিং লাতম

লাইনীং নৈনসং
সলাই পুন্সিফম

পাক্তক্লন



# ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপ

## অমম থাজরা? কাংলোন নাইবরা?

### ৭ সুব সরুক

ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংবসিংগী মীহৌরোনগী লাতমসিং, মখোয়গী তোঙাব তাইবং, মঙং, থৌওং অমদি মালেম পুম্নমক্ক লৈরিব লাই তোংবগী রাবী কয়া মমাংগী কংলৈখোল চেফোং ৬ অদুদ তাংকক ৬ থোক্লৈনখ্রে। ৭ সুব তাংকক অসিদ মখোয়গী খুদোং চাদবং মায়ওক্লবদ মখোয়দ রাজব সরুক অদু নৈনবি।

## লাইতোংব অমসুং কিথুম পুব

"লাইতোংব" হায়ন খঙনরিব রাহৈ অসি মী অমগী ভাংথোরকপ অখন্নব মতমগী রাহৈসিংদ "নপুধৌ ঐন তাকপিগে" "নবেনধৌ ঐন মাংজোনন তাকখিববু করি খঙদে তম্নুমসা" "নবেনধৌ ঐদি পানথোই-বীনে" "নপুধৌ ঐদি নোংপোক নিংথৌনে"—অসিনচিংব অঙকপ রাকমসিং অসিদগী থোরকপনি। মহাক্ল ভাংথোরক্লিব অসি লাইন তোংলগ

তৌরিবনি মসাদি ঙাংব লোইরগ করি ঙাংখোকখিবগে হায়বকাওব সুকখঙ খঙজদবসু য়াওরি। মীয়াম অঙকপ অদুবু অসুক্কী মতিক অমুক থাজনরিবসিন মসানফাওব খঙজদব রাফমসিং অদু মিৎন উব থৌথোক্ত পুংচুম পুংচুম চুম থোক্লবসু থেংনৈ। থুদম ওইন থা ১ গী মতুংদ থোরক্দব থৌথোক অদু মাংজৌনন হায়ব্রগ মতম অদু সুরক্লব মতমদ চপ চান থোকপ য়াওরকই। মসিদগী মীয়াম হায়রিব রাফমসিং অসি কাগিয়াব নত্রে হাবহুন পুক্লিং চংসিল্লকই। ঙাংথোরক্লিবসিংদু পনবদ য়াওরক্লিব লাই অদুন মী অদুদ তোংলগ হাযরক্লিবনি হায়ন লৌই। অসুম "লাইতোংব" হায়ব রাহৈ অসি থোরকই।

মতুংসু ইনৎ নত্তব, লাই তোংবগী মসা নিকপ, হাইব হুমাং কাংবন-চিংবসু তৌদব মীচম অমগুম্ম লৈরগ অঙকপ রা হাযদোকপ মীসু লৈ। মাঙদ থোকখিব রা হেক্ক হাযরকপ, তুংদ লাকদব রা হাযদোরকপ—মতমদু য়োরগ হায়খিবদুগ চপ মান্নন থোরকপ অসিগুম্ব মখলগী লম্হেল অম লৈ। অসিগুম্ব মীওই অসিন লাইতোংব কৌদে "কিথুম পুব" কৌরি। পুম্নাসিংগী মতুংদ 'কিথুম' হায়ব রাহৈসি সিজিন্নবসু য়াওরি। থুদম "কিথুম মহৌ" কৌব পুম্না অসিদ কিথুম হায়ব রাহৈ অসি সিজিন্নরি। অদুবু "কিথুম পুব" হায়বসি কনাবুনো হাযব মসক তাকপ রারোলদি ইরমদে।

থায়নদগী হৌজিক ফাওবগী নৈনরোন্দ ঐখোযন লৌথৎপ য়াব রা মচং হায়ববু রাখলগী কিসি কয়ামরুম লৈ কিসিসিং অসি থোকপ ওম্নবদি লৌসিংগী মঙাল লাকই। পুক্লিংদ লাক্লিব কিসি অম থোকপদ মরাইবক ফব কনাগুম্বসিংন লাইপোক ওইরি, মীথোই মীহেনব ওইনরি। কাং-লোনগী তাইবংদ (সাইন্সত) মমিং লৈরিব কাংলোম্নোয়সিং (সাইন্তিস্তসিং) সার আইজাক নিউতোন, জেমস্ ৱাত, কোপরনিকসনচিংব লাইপোক পুম্নমক কিসি অমথক হন্দোকপ ওম্বদগী কাউওমদন মীহৌরোন্দ য়াতা-থিবঙাক্তনি। রাখলদ লাকপ কিসিসিং অসি মখল মথেল্লনি—অনৈ-



## মসি মীহৌরোনগী ম্বারৌনি
## ( তাম্না য়েংলগ ফুরিং তুব হৌশ্বিব )



মলিয়া ফম্বালচাগী কুমসীং ৩১৪৫ সুব খ্রিঃ চৈসীং ১৭৪৮ ইংদ মৈদিংঙু মযাং ওম্বন চরোই থুল লালনাব চংলি। চরোই তাব লম্বীদ কৈন থংলিব তুবুলগী ঈরোং মপান্দ তেঙ্গোল সাহ্নুন লৈরম্মী। তুবুল ঈরোং লাম্থোকপ ঙমদহ্নুন মৈদিংঙু মযাং ওম্বদি তেঙ্গোল মফমদ লৈহৌই। মৈয়েংবা সেকম কৌব হুয়েন লাম্লোয় অসিন তুবুল লানাথোকপ ঙমহুন পাম্বৈ পুণাকন লানমী খর লালহনখি। মহুগীদমক মৈয়েংবা সেকমুবু মনা চাউন পিখি।

চরোই লাল থেংনহুন মৈয়েংবা সেকম্নন লাল ফল্লকখি। চরোই থল নাবদ চীংনুংগী তাম্না ফজখ্রব অম ফারকখি। তাম্নাগী ফজব, পংন উব ফংদবগী অনৌব সক্কম অমদি মম্নিংতমক তানরগ মসক য়েংনিংবন লাংতক্লব—ফিভম মযাম অসি উত্তন মৈয়েংবা সেকম্নন তাম্না অহু ফারগ পুরকখিবনি। সনা কোম্বং যৌবরুগ চীংনুংগী তাম্নাহুবু নিংথৌগী লৈমরেন্দ থুদোল ওইন কংখি। লৈপাক্কী মমা লৈমন খোম্বদান লৌখি।

তাম্না অহুগী মসা তিংন লৈব ফিথুপ্সু উরগ মতম কুইন কাউদনব ফুরিং যাংপদ তাম্নাগী মসা অমস্তুং মসা ২ ফল্লিবহু য়েংন যাংহনখি। তাম্নাগী সক্কম মান্ন ফুরিং য়াংতুন তুহ্নন লিংপ সুমিং অহুদগী হৌখি। হায়ম লৈরম্ব ফুরিং থুত্তু মথল মথলসিং অহুগী মথক্ত তাম্না মানব ফুরিংকী মথেল অসি হাপচিনখি। মহুবু 'ফুরিং তাম্না" হায়ন খঙনখি।

বসিংদ কয়া, চিংউসিংদ কয়া, লৈরোংলোয়সিংদ ( আর্তিস্তসিংদ ) কয়া; কিসি থোক্লব লাকই। অমুম্ন লাকপ রাখলগী পুক্লিং-কিসি অসি লৌসিন্নব ( থুম্নব ) হাংদোক্লব কাখল যাওজব মীওই অত্তুবু "কিথুম পুব" কৌরম্ব তাই। কর্রিগুম্ব অম কানব থম্ববু থুম্ব কৌই, লু থুম্ব, পোং-সেম থৌরাং থুম্ব, কোবিতিল থারকপ থুম্ব অসিনচিংব। অত্তুন কিসিসিং অহু থোক্লব. রাইদ হায়দোক্লনব ফাজিনব ওম্বগী পাঙ্গল মসাদ যাওব ( পুব ) মীওইবু "কিথুম পুব" হায়ন খঙনরম্ব তাই।

থেন্নব :— লাইতোংব অমম্তুং কিথুম পুব রাই অনি লৈবগুম্ন থেন্নবম্মু লৈ। লাই তোংলবদি ফিসেং সেংলকই, চাব থকপ কল্লকই. কর্রিগুম্বদ য়ুম্বাল পুন্সিফাওব থাদোরকই। কিথুম পুবসিংসু ফি'সংনচিংব সেংলকপদি যাওই হায়ববু চুম্নী পুন্সিসিদ অম্মুম্নক লৈবন অযাম্বনি। অচম্ব পাম্বৈ অম সিজিন্নরগ মাগী রাখলগী কিসিসিং অত্ত থোক্লব হোৎনগল্লি। থুদম ওইন সেলথায় পায়রগ ছন্দুন সেলমিৎ যেংই, থুবাক ময়িদ যেংলগ মাওগী তুংগী রা হায়, অথম্নন ঙৈহাক তুম্লগ মঙ তম্মী, নোংথক্ত যেংথংলগ রা হায়, মী অত্তুগী মসক যেংলগ রাকম কয়া হায়। পাম্বৈ মখল মখল সিজিন্নৈ, পাম্বৈসিং অসি মী অমগ অমগ মান্নদে।

## লাইবাউ চেনবগী খুদোং চাদবসিং

কিথুম পুব নত্তব লাই তোংলগ লাইবাউ চেনবসিংদি খুদোং চাদব খুদোং থিব কয়া মায়ওক্লগল্লি। বৈস্নব লাইনিংগী মরু ওইখ্রব লাইপোক গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু হায়বসি লাইবাউ চেনব লাই ভাইনব অম ওইখিবনী রারী তৌনরিবসিনি। মমিত্ত লাই উরে হায়ত্তুন প'ম্বোম থাঙ্গত্তুন জগোই সাথিবগী রা তান্নরি। অমুম্ন লাই তোংলকপগী মতমসিংদ রাম্বত্তুন তাব, ঊসিংদ তাসিন্দুন খুদোংথিব কয়া মায়ওক্লব থোকখি। মুংডাইন লাইবাউ চেনব মতমদসু হকচাং অমম্তুং পুক্লিং অনিমক তরংদ তাউত্তুন লৈ

## চীন-কাংজৈ

(হৌদোং লম্বোইবা-পেবেত)

হৌ : পেবেত ঐগী সকসিবু কয়ামুক ফজবগে

পে : অয়ো যো ঈবুংঙো, য়াকথংগী ওকয়াল অডাংদা য়াইরী পরেং অচুম্ব-মুক ফজে

হৌ : ভালো ভালো সেংলে হৈ বিধি ঈসকসিগ ঈতৌগ

পে : তর্ক তর্ক তীর্থ পাস তৌবিরে তাজরে, মঙ্গল পিজবি ভাসাবীর বাবাজি লাম্বোই। বল প্রত্যয় তৌজরি ভাসাবীরবল বাবাজি।

হৌ : ধন্যানি পেবেত, সিদগীদি তর্ক তর্ক তীর্থ ফংলবনিন কংলৈপাকপু মনিপুর ওনবগুম, হীযাংথাংবু কামখ্যা ওনবগুম কম্বোংপুংপু তর্ক পান্দুন গৌরনগর ওম্বোক্লুন হান্নগী মীতৈলোলগী মমিংসিং মথং মথং মুথংলকপগুম্ব হৌজিক মথং মথং মুথক্লুন সংস্ক্রিৎ ভাসাদ ওম্বোক্লগদবনি।

পে : করি করিদি ওল্লবগে ভাসাবীরবল, সেম্রাং পন্দিত তাহুন তোক্কনিকো।

হৌ : য়াম্ন হৈ সিংন হোৎনরিপোৎনি পেবেত। লাইনিংথৌ পাঙ্গনবন উব জিবি জিরি চিংঙই হাযহুন 'জিবি' কৌজববু 'বাম' থেৎলগ 'জিরিবাম' কৌবদি য়াবগ সোরোক অতিংবীবু 'লম্বা সোরোক' হাযহুন লামথিনবদি করি যাদনি। 'থিন্নুংগৈ' কৌব মাংই অহুনদি সেংদোক্রব গঙ্গাজলগুম্ব মিং 'গঙ্গানগর' কৌরসি, হান্নগীহু তোক্লসি হাযবদ ময়ামস্তু য়ানিংই, হৌজিক ওল্লেদন। তুপী কৈথেলবু 'লক্ষ্মী বাজার' কনান থিংব ঙম্বগে। লোল অসি পুংমুং মুথংলগ সংসক্রিৎ লোলহল্লকদৌরিবনিনে মীঙোন্দ হায়দোক্কনু।

রামক্রিস্ন প্রমহংসনা মা কালি তোংব মতমদ মসা অম্ব তরংদ তাউহ্নন লৈ। ভক্তসিংনা মতমসিং অম্বদ চেকসিন্ন মিকুপ নাম্বম সেন্নম্নন লৈ। অতৈ ভারতকী লৈপাকসিংদদি লাইতোংবগী মওং অসি য়াম্ন তাঙন থোকপ মরম্ন ওম্বোক্ল মমল য়ামথি।

**হেন্ন চংসিনব ম্নায়বসি লাম্বেংনৈ :**-- জুদাইজমগী কাংলোম্প পুস্তিগী মম্নং চংসিনবগী থাক অসি ১০ লৈ, লম্বীন ২২ লৈ। পুন্ন ৩২ অসি য়ৌনব হোংনবদ লাইনিংলোয় অমন খুদোংথিব কয়া লাম্বেংনব তাই। লাম্বোক্তদব থাক অমমম্ব "সেফিরা" কৌই। জুদাইজমগী থ্রায়দগী ফাওব লাইপোক অব্রাহম্ন ৩২ অসি তাক্লম্বনি।

গৌতম বুদ্ধন হেন্ন চংসিনবগী লম্বেলদ সনা কোম্নংফাওব থাদোকপ তাথি, নিংথৌ খুডম, মসামকী মুপী, মসামকী মচা, লল খুম লোইন থাদোকপ তাথি।

**দান্তেগী "জর্নি থ্রু দ অদব রার্লদ" :**-- মালেম ফাওরব দান্তেগী "জর্নি থ্রু দ অদর রার্লদ" হায়ব লাতমস্দি পুস্তিগী মম্নং হুমজিন্ন চংসিনখিনবগী লম্বেল তাক্লি। কিসি অম থোকপ মম্নদগী মথং

---

পে : ভারতদি সংসক্রিৎ লোল কনা অমত্তনম্বু ভাংনাদ্রে, সংসক্রিত ভাংব লম অমত্তম্বু লৈদ্রে। অম্বুগ মীতৈলোল মূথৎলগ কনামত্তন ভাংনজ্রব লোল অম্ব চৎনম্বনগদৌরিবা তা লপোই।

হৌ : হো : হো : অম্বুনি, সংসক্রিৎ মূৎলবনিন অমুক ম্নিংম্নব মীতৈ-লোল মুথৎকদৌরিবনি।

পে : অম্বিংব অম হাৎলগ অসিব অম ম্নিংগৎলি খত্তবদগীনিদন অব্রাংগী গুন্দা অফাওবসিন লম্বোইব থবক শ্নুনিংদব অম হাৎকদগী থিরি-বসিদি। মমাম্ব সিরে হায়বনিনে, তা লপোই।

হৌ : ঐ চেন্নে পেবেত, মথং থাদ' মুক লাক্লগে। *

---

## সিদ হীদাক ৭
### ( তাইরেল মনা )

তাইরেল মনা সনামহী লাইনিংগী য়াম্না মরু ওইখ্রব নাহৈরোল সোনবদ অমদি অনম অথৌ কোকপদ য়াওদব য়াত্রব অমনি। মদুগী মমলদি সিংথাদুন লোইব ঙম্মোই। তোপ্প নৈনরবস্থ তাইরেন অসি কাম্নবব সিদ হীদাক অমনি।

**লাই থোকপ :**—লাঈথোকপ হাযবসি থম্মুংদ লাই হনজিন-খ্রবদি সিগল্লি, চহি খুদিংগী লাঈ হনজিন্দুন সিব অসি মসীং য়াম্মী। লাই হুমদোকপগী সাগৎপ হৌবকপদ তাইরেন মনা ৭ তং নিংসা হোন্দন মায় নোংপোক ওন্দুন হেক্লগ লারোল ৭ খুমদুন ফুৎপিরগ অয়ুক-মুংথিল-হুমিদাংরাইরমদ চা চমচ ১/৩ দং খোইহীপ য়াম্নরগ ( চঃ ২ + থোঃ ১ গী চাংদ) পিথকপদ লাই হনজিল্লোই।

**লাইমায় তাব :**— লাই থোকপগী লাইমায় তাবসি মংক্লী অস্ত্রম লৌব মহীন থোইহী য়াওদন ভৌরবদি লাইজোদে, থুন মচুম কংসিল্লি। লাইথুং পুম্নমক্ত তাইরেল ফুৎপগী মহীদি সিদ-হীদাক্নি।

**মৈন পোকপ :**—মৈন পোকপগী মফমদগী লাইথুং কয়া ওন্নিঙাই মরম কয়া লৈখ্রে। পোকফম চাকথেকপ মফম অদুদ মহীন সেমগৎপ মপ্রাম ১ কায়। মদু তাইরেন মনা ফুৎলগ মহীন চাম্লগ অমোনব পোৎ অমন মপ্রাম অদু নোংমগী অমুক অনিরক মওংগী মতুং ইম্ন অহুম্নক ফাওব লৌথোকপিরবদি করিগুম্ব লাইথুং অমত্ত ওম্বরকপ ঙম্নরোই, মফমম্ব ভাম্নোই, সম্নোন থুন চিংখৎকনি।

**সারৈ হৌব :**— সারৈ হৌবদ তাইরেন মচুম পিথকপ মনা অমতং মহী স্নুম্নগ পিথকপ য়াম্ন কাম্নগনি। লাইবৈ চৎপফাওব কম্ব ঙম্মী।

মথং অরোইব কিসি অচু থোক্লব চৎপ লম্বীদ থেংনগদবসি—ফত্তব লাই-মাংসিংগী তাইবং, লাইন সা ওল্লবসিং, হেল্লোয় লমলৈমসিং, ওন্থোক ওন্থোকপ সক্রমসিং অসিনি। পুম্নমক অসিগী মথক্ত দাম্ভেন অরোয়বদ চংদব য়ারবোইদব লম্বেল অমগ পিরি— মচুদি পুম্নমক মায়ওক্লনব পুক্নিংগী লীচৎ অমদি অখাং কনবগী থন্মোয় অচুনি।

ইজিপ্তকী "বুক ওফ দ দেদ" ঃ মালেমদ ফাওরব ইজিপ্তকী থৌরাযগী লম্বেল ইব লাইরিক "বুক ওফ দ দেদ" অসিদ হেন্না চংসিন্ন হেন্না খুজিনখ্রব মফমদগী মঙাল লৌব হায়ববসি খুদোং থিব কয়া মায-ওক্লগদব লৈরি হায়ব উৎলি। লাইগী লম্বীদদি লাই ফত্তবসিংন থোঙ ঙাকই, লৌনম তৌব ফত্তব কয়ান মরূপ সাহুন লম্বেল মাঙহনব হোৎনৈ। অমদি অঙকপ লমহাং লমজাও মাইওক্লে।

জোন বুনয়ানগী "পিলগ্রিমস প্রোগ্রেস" ঃ হেন্না খুব লম্বেল চংসিনবগী খুদোং থিবসিং জোন বুনয়ানগী "পিলগ্রিমস প্রোগ্রেস" কৌব লাইরিকসু সিংথারি। লাইগী লম্বী তানবদ অরাব পি, অকিব পি, লমহাং লমজাও কয়া লাম্থোকদব লৈ। লম্বেলসিং অসি লাম্থেংননব অরেপ্প পুকচেল চংই।

পুয়াসিংন হায়ঃ সিংখুম লম্বী ইরিব "থমওই য়াংওই সেকনিং" লাইগী লম্বেল তাকপ "রাচেৎলোন পাথুপ," "সিংতাপুং কাকিল" পোল-পিলাং সেকনিং" "সাকোক লমলেন" অসিনচিংব পুয়া কয়াদ থৌরাইগী

লাই উৎনব : – লাইভোংব মীওইদ লাইউৎনব থোক্লবদি নত্রগ লয়াই হকথেংনত্তুন লাইউৎনব থোকপ পুম্নমক তাইরেন মনা অমত্তং নোইরগ উম্ব, মহী থর থর সায়রগ য়োৎহনবদ খুদক্ত হন্দোকনি। মতাংসিং অসিদদি তাইরেন মনা নত্তন অতোপ্প হেন্না ফব সিদ-হীদাক অম অমুক লৈত্রে। ❋



লাহানংলোয মাইপাক

কংলৈপাক থৌসিনকোনগী লুপলোয় (মেম্বর) অম ওইরিব লাইনিং-লোয় মাইপাক (সক্তম হাপ্লিব) অসি হৌজিক মহাক্কী পুক্লিংগী পাঙ্গল (মেন্তেল পারার) হান্নদগী হেনগৎলক্লি। মসাগী লোয়নব্লিব ঈপুধৌ অসিগী লম্বীদ চংসিনবদগী লাইরোল কয়া মসাদ তাক্লি, লাইরোলসিং অসিগী মপাঙ্গল চপ চান ফংবম্ব্ ওয়ে।

হৌরকপগী মওং : –অহানব হৌরকপদ মাইপাক লাই কয়া থাজদব নহানি। কলেজগী মহৈরোয় অম ওইন চম্ন হৌরকই। পুক্লিংগী পাঙ্গল অসি অহানব ফাওরকপদ হিপথহ্নন থাঙজ্রবদি ব্লারম্মী, মসা পুম্নমক

অথুব লম্বী অসি নিংথিন তাকলি। হেন্না চংসিনব ওন্ব, হেন্না তানসিন্ব কনবন মণ্ডালগী লম্বী চৎপ ওম্বী। হকচাংন পুক্নিংদ লুপসিনখিনি, পুক্নিংন থৌরায়দ লুপসিনখিনি, থৌরায়ন পুম্নমক্কী থোরককফম মপু অত্তদ লুপসিনখিগনি।

হকচাং পোল্লাংবু লাকসিন্বদ খুদোং চাদব কয়া মাযক্কগনি, পুক্নিংন পুক্নিংগী থৌরম লাকসিনজবদ খুদোংচাদব কয়া লাম্বেংলগনি, থৌরায়ন মপুগী মণ্ডালদ চংসিনখিবগী লম্বেলদ অপনব কয়া লৈগনি।

লাইতোংলিব লাইনিংলোয় অত্তুন হেন্না লুপসিনব, হেন্না চংসিনবগী লম্বেল অসিদ চংসিনব খুদিংগী হায়রিব খুদোংচাদবসিং অসিগী মরক্তগী অম নত্রগ অম নত্রগ অয়াম্ব থেংনগল্লি। মত্থ খাণ্ডব চংই, পুক্নিংগী ৱারক কয়া চংই। মীয়ামগী মত্তেং চংই। করিগুম্ব চাহৈদব পোং অম খণ্ডদত্তুন চাক্লবদ লাই তোংলিব লাইনিংলোয় অসিগী লাইবাউ মতমদ তমথিব সক্তমদ মমি সামি লাক্কুন থৌরী চরম মেংলে হায়ত্তুন নিংসা থিংব য়াওরি, লাইন ফুই হায়ত্তুন সাথিব মওংদ ই অসিব চংবমথৈ খুবাক মফম থামদেকপ য়াওরি। পুম্নমক অসি লাইতোংবসিংন ওসি ওসিমক মারওক্লরিবনি। করিনোম লাল্লবগী লাইফাও পিদবস্থ য়াওরি। মসা লোকচিল্লকপস্থ য়াওরি। করিগুম্বদ পংচৎ চৎখিবস্থ য়াওই।

## লাল্লকপ য়াবগী খুদোংথিব

খুদোং চাদব পুম্নমক্কী মথক্ত লাইবাউ চেল্লম্ব লাইনিংলোয় অম অরানব ৱা য়াম্ন ঙাংলকপ য়াবগী খুদোংথিবস্থ লৈত্তব নত্তে।

মসা ফত্তবদগী লাল্লকপ য়াব :— লাই তোংলিব মীওই অসিন মসা য়াম্ন ফত্রবদি হকচাংগী ফিভম পুক্নিংগ মরী লৈনব মরম্ন পুক্নিংগী মণ্ডালদ অকায়ব কয়া পিরকই। হকচাংগী অসোম্নব অত্তুন লাইবাউ চেল্লকপদ অরানব ঙাংলকপ য়াই।

য়াম্ন হাইরম্মী, য়াম্ন পোৎলুম অম ওইরম্মী হকচাংদম্ম য়াম্ন অকায়ব পিরম্মী।

কোম্ন চাওখৎলকপ :— মতম চান সলাই কাংলোন সিন্দমসংদ মিং চন্দ্রন সিস্তাকপুরেল ওইন লৈবিরিব প্রো : কাংজীয়াগী লমজিং মখাদ পুক্সিংগী সাজেল কয়া কাংলোন নাইন চৎথরকখি। মায়চৌসিংন চেকসিন্ন থম্বিরম্ব সনামহী লাইনিংগী মিংথৈ কয়া মন্নুং মপান ফাওন সিস্তাক পুরেল অসিদগী ফংখি। মমৈথংদ চিংথৈ খোঙ্গাইদ ফমহুন লাইপাউ পিব ওম্নকখি, হকচাং অমম্নুং পুক্সিং লাকসিনবগী পাঙ্গল লৈরকখি। কৌবরুগী লাইফমসিংদ অমদি চৌংমুংলুৎকী লাঈনিংথৌ পাঙ্গনবগী লাইফমদ চাংম্নেং অহুমথক ঐখোয়গী উজা পুরেল অসিন পাংথোকপদ অনিম্নক অমদি মায় ফজন পাকখি, অমুক্ত তংখাই অমগী চাংদ মায পাকখি। হৌজিক চিনজাক কাংলোম্নচিংব ওাক্লি।

ও,বি,ই, এক্সপরিয়েন্স অমুক তৌম্রে '— উজা পুরেল কাংজীয়ান মহাক্কী কেস হিস্তরি অম সাগৎপিনব হোৎনবিরি। কেস- হিস্তরি থিগৎপ অসিদ ও, বি, ই, এক্সপরিয়েন্স ( আউৎ ওফ বোদি এক্সপরিয়েন্স ) অমুক তৌখ্রে। মাইপাক মসা অসি মাগী মমাং কাগী ফমুং অমদ হিপ্তুন পোথারিডৈদ মহাক্কী হিপ্লিব হকচাংগ ফমুংগ কোম্নন মহাক্ত ফমুংতুগী খুয়ারোম থংব সরুক্কগী ফুৎ 3½ রোম থাপ্ন উজখি। মতমত্তু মহাক তুম্ব নত্তে, মও মওব মতমম্ন নত্তে। মসা অমন মপান্দগী অতোপ্ন মসা অমবু উজবগী কেস হিস্তরিনি। পুক্সিং কাংলোন্দ (সাইকোলোজিদ) মসিবু ও, বি, ই এক্সপরিয়েন্স কৌই। ও, বি, ই, এক্সপরিয়েন্স অমুক তৌম্রব মাইপাক হৌজিক উজা পুরেলগী লমজীং মখাদ এক্সপরিয়েন্স অসিদ হেম্ন খুমাং চাউসিম্নব হোৎনরি। মসাবু অতোপ্ন মপান্দগী মসা অমন অহুক্কী মতীক লাপ্ন লৈরগ উব ওম্নরুব প্রাক্তিস তৌরি। *

পি. ওাওোম্ব নিংথেম

**পুক্লিং ঙাওবদগী লানব য়াব ঃ—** হকচাং অমসুং পুক্লিং অনি অসি খুবাক খুনমগা শুম্বনি। অমন মথক্কি অমন হখানি। পুক্লিং অসি হকচাংগী লায়না অমন অঙাও অকৈ চলহনব ঙম্মী। অকনব লাই-থৌদ চোইরোল কয়া লোল্লিবসি চাওরব খুদম অমনি। অসুম্ন পুক্লিং লাকসিনব ঙমদব মতমদ ঙাওরকই। পুক্লিং চঙাওনরিঙৈ মতমদ পিব লাইবাউ লানগনি।

**মীন থামাযবদগী লানব যাই ঃ—** থামাযব ঙাযব কত্রব কাং-লোন অম লৈবি। মসি অমম থাজ নক্ল, তসেংন লৈ। লাই তোংলিব লাইনিংলোয অমদ অখঙব ১ন থামাইবিথ্রবদি কাত্ত বারল ঙাংলকপ য়াই।

**হেনমন্ন সিজিন্নবদগী লানব যাই ঃ—** অযকী ন'থিলগী লাইবাউ চেন্নব তোংনবদগী হেনমন্দন লাইবাউ অদ লাইবাউ নংলক্কব যাই। তরং অমদ মংতিগী মওংদ পাংউ উব পংঙাং ঙাংলকপগী ওইথোকপ লৈ। তোযনব তৌরবদি লাই নোংগাব ঙাযব অম লৈরকই। লাই নোংগাথ্রব মী অতুন লাইবাউ চেনবদ লানগনি।

**কাংলোন নাইদবদগী লানব যাই ঃ—** লাই তোংব অয়াম্বন খঙহৌদন ওইরকপ মবম্ন লাইনিং লম্লগী কাংলোন খঙদে। কোম্ন অয়া যাদ কয়া খুদোংথিব মাযওক্লরবব মতংদত থর খব খঙলকপনি। অতুন চাবগী কাংলোন, থকপগী কাংলোন, যাল্লিপ-ফম ফম-চাকচা ঈথক, পুন্সিরোন, যেনাহনলোন; নিংসাগী সাজেল হকচাংগী সাজেল, লাইনিং সাজেল, হীরি কোনব—অসিনচিংবসিং অসি উজা নাইত্নুন মিংথৈ লৌহুন অথুব মতমদ তমহৌদ্রবদি লাইবাউ চেন্নমদগী য়াম্ন থুন অরানব ঙাংলকপ য়াই। লাইবাউ চেনবগী অচৌব কাংলোনসিং লৈরি। মত্তু থি হুমন্সবদি লাই তোংলিব লাইনিংলোয় অসি কুইগন্দে।

**মফম মতম নুমিৎ থাবাল নাইদব ঃ—** মফম চাদব, মতম নত্তব, নুমিৎ সেংদব অমদি থাবাল পাংদব য়েংদন লাইবাউ পংচেলচেল্লবদি অরানব ঙাংথোরকনবগী ওইথোকপ লৈ। —মথাদি লমাই ১৩৬২ দ



## মাইবগী হীদাক খাউ ৭
## ( তীল্লাই খোম্বী চুব )



তীল্লাইখোম্বী চুব হায়বসি অচম্ব ওইন লৌনৈ। মসি লাল্লি। তীলাইখোম্বী চুবগী হাকজব মফম অসি মওং অম হেক্তে হোংলকপ য়াবগী মরম কয়া লৈ। মফম অদু লাইজোতুন পাখোরকপ যাই, ঈসিং হানবগী মওং লাকপ য়াই, অতোপ্প মহীক তিল্লসিন্দ্রন লেপ্রোসি-চবুম্নাই লাইথুং তাখিব য়াই। তীল্লাইখোম্বী য়াম্ন কনব চহিদি লাই খোকপগী লায়নাম্ন কনগনি। অদুন লাইনা লাইথুং কয়াগ হাকজবী মখল অসিগ য়াম্ন নরুব মরী লৈ। অদুন হাকজবী চুহল্লিব তীল অসিবু লাইনা অতৈম্নখোম্মী ( লোয়নগল্লি ) হায়তুন তীল + লাই + খোম্বী = তীল্লাইখোম্বী হায়ন মাইবরোন্দ খঙনরমই। তীল্লাই খোম্বী চুফমদগী চবুম্নাই (লেপ্রোসি) লাইনা ওইখিবগী ভমর্থিরব থৌথোক কয়া লৈখ্রে।অদুন চেকসিন থৌরাং খর তঙাইফদন তৌবিহৌগদবনি।

চেকসিন থৌরাং খর :— (i) চৌজিক নোংজুথা-ওল্লাংথা লোম্নব মতম অসিদ চফু নত্রগ কোন মচা অমদ তীল সিব অমদি তীল্লাইথাম্বীদ যাওরিব হু অসি মাঙহনব ভম্ব কেরো'সিনগুম্ব. হীদাকফু মহী ( নিকোতিন রাতর ) নত্রগ হীদাক মনা মকেগুম্ব, স্নম্নু অহিংব তিংগী ময়াক কনব মহীগুম্ব হাপ্লগ তীল অসি ফারগ থাদহুন থমগনি। মসি ঈপা ঈপু হাকথক্তগী তৌনরকপ কাংলোম্নি।

(ii) হীদাক ওইন স্নম্নু মহী, হীদাকফু মহী নত্রগ হীদাক মনা মকে ( নিকোতিন অমম্নং কোল্লিদাইনগী সরুক ), লফু লানৌপ মাকসিগ নোইথায়রগ সেম্ব হীদাক য়াম্ন ফগ্রব পাম্বৈসিংনি।

(iii) হাকজব হোৎপদ খুজিন চাওরবদি সোকউদব ভাই। উনমা ভৎনব, কুয়োন হুনব হোৎপ তৌরোইদবনি।

(iv) অচাখাউ তৈরগ মৈদ য়াম্নবন খ্বাইদগী কৈ।

(v) ভম্নবদি মিনিৎ ১০ দগী ১৫ ফাওব থুৎ ২ পাম্নসিল্লগ হকচাং সংদোক্লগ খাঙবদ মহগী মতুংদদি হাকজররোই। *

# পুয়া বারীদ থাংজীং

পুয়া নৈনসং
সলাই পুল্লিফম



পুয়া নৈনবা লাতল।

"থাংজীং চীংগোয়রোন" "চীংলোন লাইহুই" অমসুং "চীংনি চুপলেন" কৌব পুথা ৩ অসিদ থাংজী‧গী বারী য়াওরি। বারীদি মিংথৈ ওইনস্রু যাওই, মফম অমসুং খুন্তমগী মাম্বকৈ মমিং মথানচিংবসু য়াওই, সিংথাব লাইরোল তীল্লোল মিংথৈ ওইনস্রু য়াওরি। লম্মিং-লোন ওইন ইবস্রু যাওরি। পুন্নমক অসি থাংজীংগী মরী মথোঙ নৈনবদ মঙ্গুং চনগনি। লাইনিংথৌ থাংজীংগী থেল্লোল, থাংজীং তেংথা অমদি নৈসি নৈথোনং সৈথা কয়া লাইরিক কয়াদ লিরিবসিস্রু থাংজীং-গী নৈনবদ য়াওগনি। থেল্লোল অয়াম্বদি লাই হুরাউবদ, থাংজীং হুরাউবসু সরু সোম্নরি। অসুম্ন লাইনিংথৌ থাংজীংগী পুয়া লাতম-সিংদি মসীং য়াম্মী, মথল য়াম্মী।

কোইরেন অহুম লোইব নিংথৌ :—পুয়ান সৈথাবদ থাংজীংবু "থাংজীং কোইরেন নিংথৌ, চাউবা কোইরেন নিংথৌ, সাংবা কোইরেন নিংথৌ, কোইরেন অহুম লোইব" অসুম্ন সীংথারি। থাংজীংগী সৈথাবদ

## অফাও অফাওবগী বারী

**চাবদ ফাওব** — ১৯৩১ ইংদগী থুভম সিনব ওম্লকত্রিব চাবগী নিংথৌ অসি কালিফোর্নিয়াগী ওকলেন্দ পোকপ এদরার্দ অব্রাহম মিল্লরনি। মাবু বোজো হায়নস্থ খঙনৈ। নিংথিন মপুং ফারব মসা ফব মী অমগী নোংমগী চাফম থোকপ কেলোরি মসীং অসি ২০০০ নত্রগ খরদং হেন্বনি। বোজোদি নোংমদ কেলোরি ২১,০০০ (লিমিং কুনমঙা) চায়। মসি মসা ফব মী অমগী সরুক ১২ রোম্নি। বাংবদি ফুং ৫ গ ইনচি 7½ তমক ওই। লুম্বন পাউন্দ ৩০০ লোম অত্থগ থাংন ইনচি ৫৭ কোল্লি। ১৯৬৩ দ সান ফ্রান্সিসকোদ তৌখিব চাব তান্নবগী চাংয়েংদ বোজোন পাউন্দ ২ লুম্ব পুল্লেং ২৭ চাত্থন চাগনব পুম্নমকপু মায়থিব পিখি। পাউন্দ (২৭×২)=৫৭ চাখিব মতম অত্থুদ বোজোগী চহি ৫৪ স্নরে।

**থুন কংপদ ফাওব :**— চিকাগোগী ফিল্লিপ য়াদজিকভি যান্ন থুন কংপ ওন্বদ ফাওই। চাউন ককপ সাজাউ সরুক ৭৭ পুং ২ নী মন্নুংদ চাহন ১৯৫৫ গী থুন কংপগী মিংচং তানখি। য়াদজিক্ক লফোই ১০৭ পু মিনিং ১৫ থক্কী মন্নুং দ চাহন ১৯৫৭ গী থুন কংপগী অফাওব ওইখি।

**অফাওব অঙাংস্নু লৈ :**— অহল্লোম্তন চাবদ হেনগনি হায়বসি পুংলাল লাল্লি উংথিব চহি ১২ থক্ক ডায়রিব অঙাং মেথিউ দেকিংস্নু চাবদ ফাওব অমনি। মেথিউ দেকিংন স্নুমিং ৬ নিদ পাউন্দ ৩৮৪ গ ওজ ২ গী চিনজাক চাহন চাবগী অফাওব ওইখি। মসিগী অরুম্বসি চেং বেগ ২ রোম্নি।

**নুপীদি ফাওদবরা ? :**- জোহান্নেসবর্গত পোকপী ফেন্নি মেয়র থকপগী তাইবংদ য়ালেমগী নুপা অমত্তবু কিখিদে। ফেন্নি মেয়রন নোংমদ ঔসিং পাউন্দ ১৯২ য়ৌন থকপিত্রবদি পেনবিদে। ১৯৭৪ গী চন্নুম্বা নেমরগী থকপদ ফাওবসি ওসিফাওব নুপা অমত্তন হাইজিনব ওমল্লি। *

খ্বাইদগী মরুওইরিবসি 'কোইরেল্লাই' হায়বসিনি। থাংজীং কোইরেল্লাই হায়রগ লাইনিংথৌ অসিগী মতৌক মওম ফন হেক চোংথোবপনি। 'কোই-রেল্লাই' হায়বমিংথোল অসি চাউবদসু কোইরেন, সাংবদসু কোইরেন, লুবদসু কোইরেন—হায়রিব কোইরেন ৩ অসিবুনি।

(1) চাউবা কোইরেন নিংথৌ:—থাংজীংদি লৈপাক ঙাক্রোনগী লাইনি, লৈঙাকলোন পুই। অদুন মপান লাইদব মালেম লমজাউ অসিদ মপান নাইদব তাইবং পানবগী মকোয় অসিবু ঙাক্লুন লৈ। চাউব হায়বদি অকোয়ব অসিবুনি। মপান নাইদব অকোয়বনি হায়দুন "চাউবা কোইরেন" কৌই। অদুগু হ্বচাউবসু কোইরেন ওইব (অথোইব) তাইবং লমজাউ অকোয়ব অসিবু ঙাকপ লাইনি হায়দুন 'চাউবা কোই-রেন নিংথৌ" কৌই।

লাঃ ৫৮গী মথা— লাইপাউ তাব হৈব চংই

খ্বায়দগী অমুক মরু ওইরিবসি লাইপাউ তাব হৈব অম চংই। মাইবী লাইনৌগী লাইপাউদি মীচম অয়াম্বন তাব হৈতে। অথং অহৈন তাবিরগ রাহস্থোক হন্দোকপ অম চংই। রান রান লাই তোংলিঙৈগী রাম্বগে তৌবমখৈ লৈরিব ফিভম অসিদ ঙাংথোরকপ খুৎলোইদ্রিব লাই-রোল তীরোলসিং অসি অফব অম হায়রকপদ অকি তুজুংবগী খোস্থোক্ত হন্দোকপ রাব রাহৈ রাতান ফোংদোরকপদ অফব রানি হায়ব হেক খঙগন্দে। মরোল খোইদুন অমদি হান্ন স্থকথং খঙখিদব চীংমী মরোলদ হেক ঙাংথোরকপ য়াওরকই। চীংমী মরোল খঙদব লাইতোংব অদুন চীংমীগী মরোল সেংন লোল্লকপ অদুদদি অতাবসিংন কন্নি হায়রিবনো খঙলোই। অস্থুম্ন তাব হৈতবদগী লান্ন লান্ন রাহস্থোক লৌনদুন লাই-পাউ মরা লৌনিংলক্তবসু তোয়্নন থোকই। পুম্নমক অসি লাইতোংব অমগী পুন্সিদ তোয়্নন থেংনগল্লব খুদোংচাদবসিংনি

—মথা মথং চেকোংদ ফংবিগনি।

## অদোমস্তু মখনবিয়ু
### ( পেনা অমুক লায়ব )

পুংস্তু মী খুদিংমক খংপ থোকই, তাউদ্রি খোংব হৈ, তারাদ খংপ খোংনপোং খুদিংমক খংপ থোকই, অহুগ তাউদ্রি খোঙবমুক লাইব, তারা খংপমুক লাইব, পুং খিনবমুক লাইব হায়নদে।

পেনা অম হেক্ত পায়সি। পেনাদ পুংমায়, তিংখল, মকোক, লাইনা, য়ায়েন কাভি, লাই হিদাক, সরীক, চৈজ্জীং, সামৈ, তিংলী অসিনচিংব সরুক কয়া য়াওরি। মী অমন হেক পায়খংপদ পুংমায়ন হকচাংগী কদাইদ থয়গ লাইনা পুনফয় থুংকী কদাই মফমদ থয়গ খোঙ্গদগে হায়বহু ঙাওগনি। চৈজ্জীং হেক পায়বদ সামৈ পরিং অহুন পংতক তক্কে হায়রক্কনি। মুং সা, পি-বো, বে, চি-চা দগী হেন্ন সুকথোক থোক্লোই পেনাগী খোম্লোক সুংসিব রি-রৌ-রি-হৈ গী খোম্লোক মচেং অমফাওব হেক য়াওরক্লোই। পেনা লেনবহুগী মখোলদু অতাব মীন পেনানি হায়ব সুকথংমক থঙলোই॥

"নংগী য়াহুদি পেনামুক লায়জাংনি" হায়রিবসিবু পেনা লেল্লিবহুন ইঙক ঙক্কনি। খোঙব সুকথোক থোক্তব, তন্নবফাওবদ সুকথোক থোক্তহুন তোকপস্তু য়াওরিব পেনাসিমুক লায়ব হায়ন পাউরৌনরিবসিবু করম্ব ঈপা ঈপু অঙাওবন হায়রম্লিবনো ? খন্থনিংঙাইনি য়াখল তৌনিংঙাইনি।

খোঙবদ মখোল হেক্ত থোকপ তাউদ্রিফাওব লায় হায়দে। সুকম্না য়াদব পেনাবু অরায়ব অমগ চাংদম্নবদ সিজিন্নরি। মখোল অমতং সোয়-নহুন সেমবমক্তদ মোইরাং হাইগংপদ সেম্ব পেনাহুন নিংথৌ পাখংবন সমুরো য়োথ্রবফাওবদ লোইদ্রিবনি। "পেনা সেম্লিঙৈদ সমুরো যৌই" পাউরৌনহৌরিবসিনি। লেনবদস্তু, সেম্বদস্তু লুখ্রব পোংনি। পাউরৌদবু "পেনামুক লায়" হায়নরি। অদোমস্তু মখনবীয়ু, য়াখলগী সাজেল সান্নবিয়ু।

(ii) সাংবা কোইরেন নিংথৌ ঃ—অকোয়বদবু চাউব নত্তে, সাংবদস্থু মপান নাইদব তাইবং পানবনি। অদুগুম্ব সাংন তিংখোকপ্রিব তাইবং পানবসি সাংদুনত অস্মুম চৎখিদে অমুক কোনসিল্লকই, অমুক মচিন ২ সন্নরে। তাইবংগী অসাংবস্থু কোইরপ কোয়ন ফুনগী (জেরোগী) মওংদ লৈ। অদুবু 'সাংবা কোইরেন' হায়ন পুয়ান সীংথায়। সাংবা কোইরেন অদুবু ভাকপ লাইনি হায়দুন 'সাংবা কোইরেন নিংথৌ' কৌই।

(iii) কোইরেন অহুম লোইবা নিংথৌঃ—অকোয়ব অদুতন কোয়ব নত্তে, অসাংবস্থু কোয়, অসাংবতন কোয়ব নত্তে অরুব-লৈচংবু ওল্ল-বস্থু কোয়ন চৎলি। লৈচং ওল্লিব লমজিল ১ অদু অরোয়বদ অমুক উম্নগনি। অদুনদি লৈচংস্থু কোয়। অদুগুম্ব তাইবং পানবগী অকোয়বস্থু, অসাংবস্থু লৈচংস্থু কোয়ব কোইরেন ও স্থব অসিদু ভাকপ লাইনি হায়দুন লাই-নিংথৌ থাংজীংবু "কোইরেন অহুম লোইবা নিংথৌ" কৌই।

অদুন থাংজীংগী মিংথৈদ 'থাংজীং কোইরেল্লাই' হায়রগ অস্তুম মিংলেন ওইন খঙনরিবনি।

## কোইরেন লৈম

পুয়ান 'কেগে থাংজীং কোইরেল্লাই, নসানৌ ঈবেম্মা কোইরেন লৈমগা. নপারী ঈবুংঙো তমপাক লাইনিংথৌগা, কেগে খুন্দা হানবা' হায়ন সীংথারি। মসিন ভাকপদি লাইনিংথৌ থাংজীংগী মসানৌ ঈমা লাইরেম্বী অসি কোইরেন লৈমনি। কোইরেল্লাইগী ওইগী ফম্বাল য়াবী লাইরেম্বীদি "কোইরেলৈম" অস্তুম্মক তাজরে।

(i) কোইরেলৈমগী খুভম কদাইদ লৈ ? : —অয়াম্ব থাংজীং কানরিবসি থাংজীং নিংথৌগী খুভম (স্থরুং) অদুনি। ঈসিং কংদব মকম ওইবন মতম সাংন লৈথবগী খুদোং চাব রাৎলি। অদুন কোই-রেল্লৈমগী খুভমদি চংনদ্রি।

# ইমালোল নৈনরসি

য়াইতোংব — (I) মীযাম তিনব মীতিনগী ময়াম্বদ ফম্ব (তোংব) মীবু য়াইতোংব কৌই ফম্বব্ অথম্নব ফমফমগীদমক্তি তোংব কৌই। কংলা মেন তোংব, ফম্বাল তোংব, যাই তোংব অসিনচিংব। মীফম অমগী রায়েনব ওইগদৌরিব অসি নাক যেত্ত সেন্নব গীওইসিং লোয়নরম্মী, মথোযগী ময়াম্বদ ফম্মী হায়তুন য়াই তোংব হায়ন খঙনখি। (ii) ইংরেজী চিয়ারমেন।

খমতোংব —(ii) অবোয়ব, ফম্বু পাযব ফম্ব হায়বনি। মী মীগী থাক অসি থাযনদি মাগী মাগী 'ফম্ফমলাং' অত্থন তাক্লম্মী। ফম্ফম লাম্নব য়াদে। অত্থন অখন অথম্নন থোরাংত্থন খম্মী হায়ত্থন ফম্ফমসিং অত্থবু 'ফম্ফমলাং' হায়ন কৌনৈ। অত্থগুম্ব ফম্ফমলাংসিং অত্থগী অয়োযব অথম্ব ফম্বু ফম্ব মী অত্থ খম – তোংব = খমতোংব = খমদোংব অস্থম্ন কৌই। য়াইতোংব. খমদোংব হায়নরিবসিনি। (Ii) ইং : প্রসিদেন্ত।

চৈরাপ — "ফমথৌ" হায়ত্থন সনাকান্নং কাব রায়েন্লোযসিং হাপ্নি। অত্থগুম্ব ফমথৌসিং অত্থন কাব রায়েনসংবু চৈরাপ কৌই।

কুচু - রায়েনসংগী রাবেপ অমস্থং রায়েনগী থৌদাসং অত্থবু কুচু কৌই। চৈরাপ – কুচু তংন থান্নব য়াদব রায়েনসংসিংনি। মসিবু "চৈরাপ রায়েনফম কুচু থৌদাফম" হায়ন পূযান সীংথায।

পাচা — হুপীসিংগীত ওইব বায়েনসংবু 'পাচা লোয়সং" কৌই।

## অরিব লোলদগী অনৌবদ হন্দোকপ

(i) কেগেদা হাই হুম্বা মোইরাংদা চূপসেন ওইবদি ঐনে।
— কেগেদ মনিং তম্ব মোইরাংদ লিংথৌ ওইংদি ঐনে।

(ii) চেংজা লাল্লবা বাপা তুংইনগনবীগা নাপ চিলওক্করুম্নু।
অওক অথোম তৌত্থন খংনগনবী মুপীগ নক্ক ত্তিম্নরুগম্নু।

(iii) খরা মায়মু থিবনা নৌরা সনসা তম্বব্ হাইচিকলমএ
— মসক থীব য়োংমুন সন সারিব অঙাংবু চিকখায়রম্মে। ●

কোইরেংলৈমগী খুন্দম অসি তোঙান চীংমায়দগী লৈহুন হাইগৎ-লক্লবদি খর লোংই। উপাল, মুংজাউগী খুদোং চাদব লৈ। লন্থী মচা অমত্তং সলাই পুন্সিকমগী সলাই খুন্থোক লুপসান ( সলাই এদভেনচর ইউনিৎন ) চহি ৪ রোমগী মমাংদ য়াম্বৎহুন সেম্লম্ব অদুদুম্ব য়াম্ন থুন হেক্ত লোংজিল্লি। মরম অহুন চাংচেপুগী হাইগৎলককম মফম অসি হৌজিককাওবদি মীয়াম খঙনদ্রি।

অদুবু লাইফম অচৌবদগী খর ছাইথরক্লগ মাই অরাং-কৌবক্ত ওইরগ ওম্লগ সলাই খুন্থোক লোয়নসিংন (সলাই এদভেনচরিস্তসিংন ) চং থাক্ত চংসিন ভৌরম্বগী খুনাম খর থেংনবিগনি। খুনামসিং অদু যেংবিরগ য়েংবওই, য়েংহুন চথবিরগ অলোংব নারক্তী মতা ফব লমদাং অমদ কোইরেংলৈম ঈমাগী খুন্দম ফংবিগনি।

(ii) কোইরেংলৈমগ লোয়নগদব—কোইরেংলৈমগ লোয়নহুন লৈগদব লাইরেম্বীদি ফৌওইবীনি। ফৌওইবীগী হৌরকফম লাইফম অসি কোইরেংলৈমগী যেং ওইবপন চীংচেপু হাইহুন চৎলগ থেংনবিগনি। ফৌওইবীগী য়াথাকতুঙ যৌরঙ খঙগদবসি মচু ৭ ন লাংব মুঙবী অচৌব অম চীংচেপু খুদোং য়াম্ন চাদব মফমদ হেক থেংনগনি। খুদোং থিব মায়ওক্লহুন খবগ চীংচেপু চেকসিন্ন চৎথরগ লাইসাগী মুঙফম লৈ। খুদোং থিবগী চাং রাংন লৈ। মীয়াম চংসিন্নবদি য়াররোই। অদুবু মসু য়ৌসিল্লক্রস্ম মিৎয়ংগী মহুংদ ফংলবদি মফম অদু চুম্লে হায়ন লৌব য়ারে।

## কেগে সনথোং মোরিবা

পুয়ান থাংজি নিংথৌবু কেগে সনথোং মোরিবা হায়ন সীংথায়। কংলাগী সন্থোং পাংবদ খুন্দম লৈ, তাইবং পান্দ য়াথোকপ মফম ওই হায়হুন "সনথোং মোরিবা" কৌই।

অম্বিব লোলদ য়ৌন ঙাকপবু "তান্না খলবা" কৌই, রায়েন্দুন ফম্ববু 'ফকতোম ফম্ব' কৌই। লেংদন মায়কৈহুবু ঙাক্ত লৈববু 'মোরিব' কৌই। অদুন "সনথোং মোরিব" হায়বদি সনথোং মায়কৈ—সুংদাইবু লেংদন ঙাক্ত লৈব হায়বনি।

লানগায়নব মসীং য়াম্থিব অমস্তুং লাপ্ন
খুন্দা-লৈতানখিবন কংলৈচা ঐখোয় লাপথোক্লগ্রে।



ঙসিদি কংলৈচা ঐখোয় নকসি-
য়রসি 'কংলৈখোল মরুপ'
য়াওবীয়ু। অরাপ-অনক মরুপ
সাল্লবীয়ু। র'খল্লোন ফোংদোক-
নবীয়ু।

## কংলৈখোল মরুপ

1. (i) থৌনাউজমচা লোইয়ালাকপ (২০), লুরাং, হৈনৌখাংনেম্বী লমদোং লৈকাই;
   (ii) সিন্দমলোই, সনামহী লাইনীং, খুম্বোকপ, মরুপ সান্নব,
   (iii) ঈনাৎ পামজব, পুন্সিরোল নৈনব অরাপ-অনক মরুপসিং,
2. (i) মোইরাংথেমচা চিংঙ্লেম্ব (২০), মোইরাং, নাউরেমখোং খুমম্বেম লৈকাই, ইম্ফাল;
   (ii) সিন্দম্লোই; সনামহী লাইনীং, পুন্সিরোল, মরুপ সান্নব;
   (iii) পুন্সিবু নৈনবসিং, সনামহী লাইনীং পামজব অরাপ-অনক মরুপসিং।

### কংলৈখোল মরুপ—১৩

(i) মিং-চহি-সলাই-লৈকম ______________________

______________________________________________

(ii) সিনফম হৈনবী ______________________

______________________________________________

(iii) করম্ব মফমগী মখলগী মরুপ ?? ______________________

______________________________________________

লৈই অসিদ করুগ থাবিরকউ

## য়াইবী পাম্লোই তানব

থাংজীংবু সীংথাবদ 'কসারেন নামুংবা, য়াইবী পাম্লোই তানবা' হায়ন তেংথায়। অহাংব মালংবান্দ হাই ছুম্ন লৈব অচৌব লাইবু 'কসারেন নামুংবা কৌই'। 'য়াইবী পাম্লোই তানবা' হায়বদি মীওইবন সিরগ শনথোং মায়কৈ ঙাকপ থাংজীংগী মফমদ যৌদব লৈতে। য়াইবী পাম্লোই (অরোইব) তালক্লবদ থাংজীংগী মনাক য়োৎমদব লৈতে। মীওইবগী 'মৈরাচিং' ন কৈন চেপ্লিব কোকী সরুক্ত কৌবরুন লুৱাই। লমফু ওইরগ থাংজীংন লুথম থংব (লুথম থংব) সরুক্ত লৈ। য়াইরু নমসাং অসিদ মালংথোং কৌব থোংলমগী পরিং চুম্ন থৌৱায় মিরেলন কারকই, মিছল হুন্নাই তুথাই চাইরম্বব থোমজিল্লকই। থোমজিল্লকপদ ছনব মিছুলতুবু মাইবরোন্দ "ঙাংগোই মিছল" ফাওরকপ কৌই। ঙাংগোই মিছল' ফাওরক্লবদি লাইনিংথৌ থাংজীংগী খুভম কারক্লবনি।

মসিবু লাইনিং লম্বীদ মপানগী থাংজিং খুভমদ অসিথোং হায়তুন ঙসি ফাওব লৈবি। অসিথোঙ্ অসি মিতর কয়ামরুম সাংন চেকথায়তুন খুদম তৌরকখিব মতম অত্তদ নোংমত কাংদন কংলৈপাক অসিদ হাংন স্নব সিশগী পাউ তাখিবনি। সিবগী থৌৱায য়াঙ্গবীন পাম্লোই তালফম্নি হায়তুন থাংজিং খুভম্বু পুয়ান সৈংথাবিবমলব অসি য়াম্ন হক্লব নুংগী কাংলোন লৈ। অতেনব য়ারেং মচা অসিদফি সন্দোক্ল নৈনরুনবগী মফম লৈতবন পনজন্ত্রে।

## হুয়েন চীং কাবাক ফাবা

থাংজীংবু হুয়েন লাল সোক্লরিব চায়ন খোঙফেন হানবিব মায়কৈ অনিগী মরক্ত য়ায়েল্লি, চায-বগী কাংলোন কায়ব কায়দব য়েংতুন য়াতেমমী হায়তুন হুযেন চীং কাবাক ফাবা হায়ন সীংথায়।

লাম্লোয় লালচিং অনিগী অমগী মীচংস্থ চংদে অমগীস্থ চংদে কাংলোন কায়নব য়েংতুন য়াতেমবতনি হায়বসি মিংথৈসিদ য়াওরি। অতুন থাঙগী থৌতমবদ, থাঙলোন তমশদ, থোঙফম চত্তুন থাঙ তমবদ থাংজীংন থঙগী মফম কদাইদ তোংবগে হায়বত্থ তমখিরিব উজান মমুং তান তাকপিরিবনি। থাঙজীংগী লৈফম থাঙগী মমুংদ তাকপিত্রবদি লাল চংবদ য়াওহল্লমদে। ❋

# 'ইনাৎকী পুকৈদ পেনা'

—(কোইজমচা খোইব অঙোম)

রামাং ওইন থজিক পেনা লোয়সঙ

পেনা হায়বসি করিনো? সমন হায়রবদ সামৈ অসি তকনরগ, তকনরিব অহুদগী খোরকপ ইরাই-ইনিল খোনখোক অমগী খোনজেল অমনি অমসুং খুৎসাসিংন খৎতুন মরোল হাপতুন খোংব পোৎসক অম-থকনি।

পেনা হায়বসি করিনো? তসেংনমক নৈনব তারবদি অসুক্কী মতিক পাক চাউই। সাইনিং লখী, পুলিরোল, ইনাৎ অমসুং লোইনসিলোনগ তৎন-থানব য়াত্রব অহকপ মরি কয়ামুক লৈনৈ।

এখোয়গী ইরমদম কংলৈপাক অসিদ ঙসি-ঙসিসু ঐখোইন থেংনরি অমসুং উরি--লাই হরাউবদ পেনা খোংতুন ইকৌখৎপ, লাই থেমগৎপ, জগোই ওকপ, লাইচিং জগোই, খুতুম জগোই মাকৈব, হোইরৌ ময়েক-হৈয়া ময়েক লাউব, অনোইরোল, থরায় মিকোন থাগোনব, লাই নোংকাব অসিনচিংব। হাইরিব ময়াম অসি পেনাগী মরোল অমদি খুৎখৎ অমত্তু মাননদে অমগ-অমগ মরোল তোঙাল-তোঙালি। চৈজিং চিংখৎ-চিংথগী খুৎপু খেন্নৈ। সৈহেক সৈদাসু মখল কয়ামুকনি সৈসক অমমমনি। পেনা তসেংনমক অঙকপ খোংনপোৎ (যন্ত্র) অমনি। পেনাগী মসাগী ওইব ময়াই অমসুং ফজব কয়া লৈজে। পেনা ইনাৎক থাদোকনব য়াদব অসুমক সাগোননতুন লৈরগদব ইনাৎকী মাংফত্রব য়াই অমনি। অত্তুবু পেনান কদাইফাওব ইনাৎক মবি লৈনব, করম্ন পেনা হৌরকপ হায়বসে ঙসিদি কনানসু খংবিদ্রে--মখা তমথবীদ্রে, তাকসিললকলে মুৎখিগদৌবত মঙাইসিললকলে। অত্তুবু ঙসিগী মীরোলন পেনাগী হৌরকফম কদায় ফাওব ইনাৎক মরি লৈনব, থিগৎফম থোকই মসিগী মমল খংফম থোকই অমসুং য়োকখৎফম থোকই।

## কনান কনানো ?
### ( সিংতাপুং )

পুম্না কয়াদ থেংনবিগনি -"সিংতাপুং" করিগুম্ব পুম্নাদন 'সিংদাপুং' 'সিংদাবুং' নোদ নোবদন 'সিদবুং অসিনচিংব। হায়রিবসিংসি মীসক অমত্তনি। মলিয়া কুমসীং ১৪০০ সুব অহুগ খ্রিস্তগী চহি হৌগৎলকপগী মতম অহুরাইদ পোকখিব লুরাং সলাইগী পীবানি। মপাবুং অপোকপদি সিংথোং পোইরৈতোম্নি। ঈপুধৌ পোইরৈতোন অসি কংলৈপাক্কী মীহৌরোল্দ চেনা চাউন কল্লিব মমিং লৈব খুম্বোকলোয় (এদভেনচরিস্ত) অমনি। ঈপুধৌ অসিগী খুম্বোকপগী য়ারী (এদভেনচরগী য়ারী) অহুবু কাউদনব 'পোইরৈতোন খুম্বোকপ' কৌব পুম্না অম ইহুন থম্লিরম্মী। মমৈদ লাইনিংলোয় অম ওইন মায় পাকখিহুন 'লাইনিংথৌ পোইরৈতোন' কৌহুন লাই ওইন লাৎনহৌই। লাইগী সাইওল ওইনমু লাইনিংথৌ পোইরৈতোন মমিং চৎলি।

লাইনিংলোয় অম ওইন লাই ওইগ্রব মপাবুং ঈবুংঙো পোইরৈতোম্ন য়ুম্বাল্লোনগী তুরেল লৈঙোই চোচ্রোবীদগী হেন্ন কুপ্প কাংলোন কয়াবু ঙাক্ল মরু হুনখিব মজা ঈবুংঙো ওইখিব মরম্ন 'সিংতাপুং' হায়হুন তুংলমচংকী মীহৌরোল্দ মফম চাউন কল্লকখি।

---

## পেনাগ লাইনিং লম্বীগ লৈনব মরী—

পেনাগী য়াকৈব সৈসক অহানবমক্তদ "হুং-হৈয়ি-হৈয়া" অম্মুম্ন সৈহৌই। "হুং" হায়রিব খোনথোক অসিমক সনা মহি লাইনিংগীদি অহকপ মীংথৈ ময়েক অমনি। তাইবংপানব মীওইবগী হৌরকপগী য়ারি পুম্নমক ইয়াই-ইনিল কাংলোন অমগী মথাদ ওইরকখিব ঙাকতনি। অম কৌব মপুন মাগী মিংথৈ অথোইব "হুং" হায়বসিমক তাইবং মীওইবগী অহানব

ইরাই-ইনিল খোনথোকনি। হায়রিব "ছং" খোনথোক অসিদগী "ছংঙা" হায়হুন মপান তাইবংগ সমনরকই অমসুং হৈ-হা হায়ব নিংলা হোনদোক-হোনজিন তৌহুন মীওইবম হিংঙি। অসুমন 'ছং-হৈ-হা' হাযব ইরাই-ইনিল অসিমক্তন পেনাগী সৈহৌ ওইন ঈপা-ঈপুসিংন থম্বীরম্মী।

হৈয়ি-হৈয়া হায়ব ইরাই-ইনিল অসিন হৈ-হা হায়ব অসিদগী থৈথরকপনি। 'হৈ' কৌব ময়েক অসিদি মৈ-ঈসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া হায়হুন লৈরিব থরায় ৫ অসিগী মহুংদ য়াউরিব মৈ অসিগী মিংথৈবু সনামহি লাইনিংন 'হৈ' হায়ন পুয়া কয়াদসু সিংথানরম্মী। 'হা' হায়ব ময়েক খোনথোক অসিবুন 'লাইজ ঈসিং' বু ওইন খঙনৈ। সমন হায়রবদ পেনাগী লাইরোল-সৈসক-লিরোলসিংদ তাইবংপানব অমসুং তেংবানব অনিমক্কী ওইব মপুং কাব থৌরায় ৫ মিগ থান ৬ সুপলব ময়েকসিং য়াউরি। লৈসেমলকপগী ইরাই-ইনিল লেংলি-পালিব, খোংলি-লাউরিব, উরি-উপাল অমসুং মীওইবগী হকচাং কয়াৎসিং মথং-মথং সাগৎলকপগী ইরাই-ইনিল খোনথোকী মরোল পেনাদ য়াউরি। তসেংনমক পেনা লাইনিং লম্বীগ তৎন-থানব য়াদ্রব অহকপ মরি লৈনৈ। সমপৎন থরথক সংকৎলগ পনজবতনি।

পেনাগ লোইনসিলোলগ লৈনব মরি —

পেনা সকপ সৈসকপ অমন সকলিব রারোলসিং অমদি ময়েকসিং অসিদ সৈথারিব রাহৈগী নাচোম, লৈথেৎ কয়া, পানথৈ কয়া—তারিব অতাবসিংগী, থম্মোইদ থুক লাউব, কপনিংহনব, নোকনিংহনবগী; অরা-নুংঙাইগী সমন হায়রবদ লোইনসিলোন (সাহিত্য) অমগী চংদ্রব য়াদ্রব অচুম্ব—ফজব—অফব (Truth-beauty-good) হায়রিব মচাকসিং অসি নিংথিজন তিললি, মমি তাই। তসেংনমক পেনাগী সৈসক লোইনসিলোনগী তাইবংদ ইনাৎকী চাউরব পুক্কৈ অমনি।

(i) পুন্সিরোল চৎখি :—মপাবুংন তাকপিরম্ব পুন্সিরোনগী কাংলোন চত্তুন সিংতাপুং নহা ওইন লাইগী মঙাল ফংব ঙমখি। হকচাং কয়াৎসিং লাকসিন্দুন 'হীরী কোনব' ঙমখি। চিঙাক কাংলোন কয়া ঙাক্তুন লাইগী মঙাল মপুন্সিচুপ্পদ মমখিনখিদ।

(ii) লাইনিং লম্বীদ মায় পাকখি : মপাবুংগী কাংলোন নিংথিন চত্তুন য়াম্ন ঙম্ন লাই ফংখি। "সিংতাপুং" "সিংতাপুং কাকিল" অসিনচিংব পুথাসিংদ সিংতাপুংন লাইগী মতিক ময়ায় ফংহুন লোইনব থৌরায মসক খঙখিব, হিংলিঙৈগী পুন্সিদ সিংথুম লম্বী খঙখিব, মাংগী তুংগী থৌথোক উখিব, থৌরায় অচংব ওইহুন ঙক্লব থবক কয়া পাংথোকখিবগী খুদম কয়া ইহুন লৈ। সিংতাপুং খ্রিস্তান লাইনিংগী মঙাল সন্দোকখ্রিঙৈগী মমাংদ সনামহী লাম্বনিংদ মঙাল ফংখিব তাংলব লাইনিংলোয় অমনি। +

## পুন্সিরোলগ লৈনব মরি—

মীওইবগী হোনদোক-হোনজিন তৌরিব নিংসা অসিন হেক লেপখিব মিৎকুপ অহুদ মীওই পুন্সি লোম্বগুম সামৈ অনি তকনরগ থোরক্লীব পেনাগী ইরাই-ইনিল অসি তক্লু্রবদি খোনজেল থোরকলোই। অসুম মীওইবগী পুন্সিদ নিংসাগী কাংলোন অমদি নিংসান পিব ইহুল কয়ামুক লৈরীবসিদ পেনাগ মীওই পুন্সিগ য়াম্ন নকনব মরি লৈনৈ।

নিংসাগী কাংলোন মথল কয়ামুক লৈ – নিংসা মতেক, নিংসা মপুম, নিংসা ময়াই অমদি নিংসাগী ইহুলদ য়েৎকি নিংসা, ওইগী নিংসা, অনিমক হোব, অনিমক ফুনব, ওইদগী য়েত্ত, য়েত্তগী ওইদ চোংব অসিনচিংব। হায়রিব কয়ামুকসিদ মীওই পুন্সিগ নিংসাগ অহকপ মরি কয়ামুক লৈনৈ। অসিগ লোয়নন মীহুল কাংলোনগী মীহুনলোনসু য়াম্ন কুপ্পা, মীহুল মরোল কয়ানি। পুন্সিরোলগী কুপথ্রব কাংলোন কয়াগী মীহুলগী নিংসা অনেম-অরাংগী খুৎপু ঙমনমক পেনাগী মসুং চনন লৈ।

লাই ইকৌখৎপদ খোংব পেনাগী মরোল অমদি মীহুনলোন (তান), য়াকৈব, অনোইরোল, হোইরৌ ময়েক-হৈযা ময়েক লাউব, থরাই মীকোন থাগোনব, হকচাং কয়াং মথং-মথং সাগৎলকপ, লাই 'নাং কাব, সিব-পোকপ, লৌ পেংব, লিংব-যৈব খাউব খুদিংমক্কী অকুপপ মীহুনলোনগী কাংলোন কয়া মচা খাইন খাইন পেনাগী মীহুনলোনদ যাউবি। সমন হায়রবদ তাইবংপানব চায়ব অমা লৈত্রিঙৈ অম কৌব মপন তরং-মালং ওইন অতিংকোক কৌন লৈবিঙৈগী অতানব 'খানজেলন তেক সাংকোং-লকপদগী ওসি ফাউবগী তাইবংপানব অসি এইরকখিবগী অকুপ্প ইরাই-ইনিল অমসুং মীহুনলোন কয়া পেনাগী মনুং চল্লি। পেনা তাসংন পুল্লিগী মনুং হুনজিনব লৈত্রব পুল্লিরোল, লাইনিং-লম্বীগ অমসুং মিতুল কাং-লোনগ নকনব মরি লৈনৈ। মরি লৈনব থরথক সমপৎন লৌখৎচবতনি।

খুদিংমক মীকুপ-মুংহুম-মতম অসিগী মনুংদ ওইরকখিব পোক্লকখিব ভাকনি। মীকুপ-মুংহুম-মতম. মীহুনলোন খংব চায়বসি কুপথুব পুল্লি-রোল অমনি। মসিবু মরোল হাপতুন থৎখৎ ওইন খোংননব পোৎসক অম ওইন পুথোক্লব হায়বসিমক কংলৈ খুনাই অসিগী চাউথোকচনিংঙাই অমসুং চাউখৎলোন অমনি।

## অদুদি মীয়াম্ন "পেনা অমুক লাই' হায়নরিবসি করিগীনো ?

"পেনা অমুক লাই" রাগৈ অসি ওসি-ওসিমক মীয়াম্ন তৎতন্ন হায়নব অমদি তানরব রাকমনি। পেনা মরোলগী খুৎখৎ, চৈজী চিংখৎ-চিংথগী খুৎপু মীহুনলোনদি য়াম্ন কুপ্পী অমসুং লুই। চিলহাই রাগৈ ওইন 'পেনা অমুক লাই' হায়নরিবসিদি পেনাগী মরোল-খুৎখৎ অমসুং চৈজীংগী চৈজীংলোন অসিবু নত্তে। কনাগুম্ব মীচা অমদ 'পেনা অমুক লাই' হাযবসিগী রাহনথোক করিনো হংবদ তরাই তরাই তেক পাউখুম পীব ওমগনি হায়বসি অরাইব ওইরোই।



## অদোম্ন খঙবিখ বরা?



(i) ফুরুপ-ঈসৈ :—ফুরুপ ফুরুপকী ওইব ইকাই খুম্নব ফুরুপ-ইসৈ 'নেসনেল এন্থেম) লৈনরি। অয়াম্ব ফুরুপ ইসৈন কুইত্রিব তাকনি। খ্বাইদগী লিবব মালেমসিগী মন্নুংদ খ্বাযদগী হানব ফুরুপ-ইসৈদি (নেসনেল এন্থেমদি) জাপান লৈবাক্কী "কিমিগায়া" হায়ব অসিনি। জাপানিজ ফুরুপকী ইসৈ "কিমিগায়া" হায়বসিগী মপ্পগী পরেং ৪ খক্কমক্ক লৈ। মালেমসিগী খ্বাইদগী লিবব ফুরুপ-ইসৈ ওইবত নত্তন মালেমসিগী খ্বাইদগী তেনব ফুরুপ-ইসৈ ৩ লৈবগী মন্নুংদ ১ নি।

পারেং ৪ তমক লৈব খ্বাইদগী তেনব ফুরুপকী ইসৈ ৩ অদুদি জাপানগী, জোর্দানগী অমসুং মাল মারৈলোগী ফুরুপ-ইসৈসিং অসিনি।

(ii) ৱাহৈ য়াওদব ফুরুপ-ইসৈ :—মালেমসিদ ফুরুপ ২৩ গী ফুরুপ ইসৈদি ৱাহৈ-ৱাতা অমত্ত যাওদে। ৱাহৈ ওইন লেংথোক্কব ফুরুপকী ইসৈ ২৩ লৈবগী মন্নুংদ খ্বাইদগী লিবসি স্পেনগী অসিনি। মথেক যাওদন সকপ সৈসক্কি। স্পেনগী ফুরুপ ইসৈ (নেসনেল এন্থেম) অসি খ্রিঃ ১৭৭০ চংলকপদ সমখিবনি।

(iii) খ্বাইদগী য়াম্ন সক্লোন পুব মিঃ লেইফতোন :- মালেম-সিগী থিয়েত্রিকেল ফিল্ম অমদি তেলিভিজন রোলসিংদ খ্বাইদগী হেন্না সক্লোন পুব অতিস্ত অসি মিঃ জান লেইফতোন অসিনি। মহাক্ক খ্রিঃ ১৯৫১ গী মেগী চৈচং ৩, দগী খ্রিঃ ১৯৮৫ ফাওবদ ১,৩৩২ থোক্ক তোঙান তোঙানব রোলদ ফিলম কুমখি। মিঃ জান লেইফতোন ইউ, এস, মচানি। হৌজিকফাওবদ মহাক্কুম্ন মসীং য়াম্ন তোঙান তোঙানব সক্লোন্দ চহি ৩৭ খক্কী মন্নুংদ ৩,৩৩৪ গী রোল লৌব ঙমখিব ফিলমগী তাইবংদ কনা অমত্ত লৈখিদ্রি। মসি থা থা খুদিংগী ফিলম ৯/৯ হেন্না অনৌ অনৌব সক্কমদ ফিলম কুম্নগী চাংনি। *

অহুবু হায়নৈ "পেনা অমুক লাই" হায়েদ অসিগী চপ চাব হায়নখোক পিব তারবদি পেনা সকপ নৈসকলোই অমন মোইরাং কংলৈরোলগী হারি, কাউ ফাবগী, সমু খোংয়েংপগী, লৈ লাংবগী, লোইকুম-লাইকাবগী, কংলা হায়নগী, লৈসেমলোনগী হাবি পরিং, নোংখাং কোইবগী, কোনখৌজম লাইরেম্বীগী অসিনচিংব সাংলব হারিগী পরিং কযা লৈথেং লৈকোই, হাইনগী ফজব নাচোম কযা হাপতুনা নৈথাহুন সকই। সাং-লব হাবিগী পনিং কযাব পুং কযা চংন পেনা নৈসকপ অমন সকপ ওন্দী। সাংলব হাবিগী পরিং অমব ইসৈ ওইন সকতোকপ হায়বসিমক মালেমসিদ অনি মুদ হায়ব যাই। অমুমন সাংলব হারি সিংবুল অমবু ইরাই লাইন ইসৈ ওইন পুং কযা সকই। পেনাগী নৈসক নত্তুন হারি সিংবুল অমবু হেক সকপ হায়দোকপ হায়বসে খর হান থোককনি। সাংলব হারিগী সিংবুল অমব ইরাই লাইন পেনাদ সকতোকপ অসিবু নি পেনা অমুক লাই হায়নরিবসি। অমুমু হায়নবমু লৈ মহুদি— হাইদবু পেনা লাই হায়জবনি পেনা অমুক লুব লৈতে।

## পেনা সেমমিডৈদ সমুরো য়োই —

ঙসি ফাউব ঐখোয়ন পাউরো তৌবরি "পেনা সেমলিডৈদ সমুরো য়োই"। অওইবমক পেনা সেমমিডৈদ সমুরো য়োবগী হারি লৈ। নিংথৌ, মনাই-মসল, অমসুং পেনা সকপ লোইনন থৌরম অমগী চৎমীন্নবদ লম্বীদ পেনা মাদহুন পেনা সেম্বগী হারিনি। সমপৎন, মতমনদি য়ারমহুন পেনা সেমহৌরিডৈদ সামুরো যৌথিবগী হানি। মসিন তাক্লিবদি তসেংন পেনা অরাইব অমদি নত্তে হায়বনি। নিংথৌদগী পেনান হেন্ন লুই হায়ব হাফম যাউরি। পেনা হায়বসিমক অরুব অমনি হায়ন পাউরো তৌহুন থম্মীরম্বনি।

অহুবু মীয়াম্ন মসিমদি চমমনবগ লোয়নন মসিমদি হংনিংব হাই— লৈসেমডৈদগী সাগোন্নরক্রব পেনা অসি ঙসি-ঙসি উরিব পেনাগী মওং, ফিভম অমসুং সকতম অম্মুম অম্মুমক লৈরমলবরা হায়ন। মসিগী হারি হাখোং মখাদ পিজরি।

# কৌবরুগী লেন্ফু থামায়ব

( মসিবু অরোনবরা ? অরানবরা ? )

কৌবরু চীংগী সন মরুম হাইগৎলগ লৈরিব লেন্ফু অসি লৈখুল (সুরুং) অম নত্তে। মনুং ফুম্ব সৈগাগ মুংজাউগ যান্নহুন লৈব মফম অমনি। মফম অসি তৌথাযরগ মতম চংন মী ১ গী মরেপ লুন সংসক্রিৎকী রাহৈ ইব ময়েক দেবনাগরী লিপিদ ইব নুং ২ থক ইহুন ফুমজিনখি। মহু ফুম্নব তৌথোকপদ হোগায়খিব মফম্নি। ঙসিদি লাই খুকম্ব চৎপসিংন হোগায়হুন লৈব মফম অসি লৈখূন (সুরুং) ওইন লৌহুন হৈ লৈ কৎনবম্মু য়াওরি। অহুবু মফম অসিদি সুরুং নত্তে। হোগায়রিব অসিমক তৌ- হৈদে, কৌবরুগী লুরাং লেন্ফগা মফম্নি।

নুং ২ ফুম্নম্নিব অসি মথক মথা উপসিন্নরগ লৈরম্মী। থামাযরম্বগী পোৎসেম থোরাং তৌরম্বগী খুদম খবম্মু ফংই। অনম অহা চুহম্নব কংলৈপাক অসি নমথনবগী ওইব ফম্তব পাম্বে সিজিন্নরম্বগী খুদম য়াম্ন ফংই। সলাই পুন্সিফমগী ঈরাৎপীবা ঈপাৎলৈম ২১ ন লাইবোল অম্মুব সোন্দূন চহি ৭ চংন সেংদোকখি।

**করম্ব মতমদ থমায়রম্বনো ?** ফুম্নম্নিব নুঙ ২ অসি করম্ব মতমগীনো হায়ব অহু সলাই খুন্থোক লুপসান (সলাই এদভেনচব ইউনিৎন) য়াম্ন কূপ্ন থিজিনখি। থিজিনবদগী খঙলকপদি থামায়রম্নিব অসি 'রামায়েৎ লাইনিং' হায়বদি পামহৈব হাকথক্ত সান্তদাস মহন্তন লমজিং- হুন পুসিন্নকখিব মতমগী থামায়রোন্দি নৎত্রে। থামায়রম্নিব অসি আসামদগী চংলকখিব কৈনাচীংগী থৈবোং মখোঙদ যুম সাহুন লৈরম্ব 'ভাস্কর' অমসুং ভাস্করগী পাউতাক লৌহুন চংখিব ঈনিংথৌ ঈবুংঙো রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাকথক্কী ওইন ফংই। মসিবু মীনম্মু খঙবিদ, অরোনবরা ? অরানবরা ? অমদি ওইব তারে। +

# পেনাগী য়াওল অমসুং চাওখৎলোন

পেনাগী রারি রাখোং যাউব পুয়া কয়ামুক লৈ। সমপৎন 'পেনা মৈহোৌবরোন' কৌব পুয়াদ অনুমন হায—তাইবংপানবগী পোকনগদবগী-দমক অসিবন খোংঙ। অসিগী মতুংতা পাখংবন কে কে মোইরাং লোইরেল সনা পুংতা চহি ১০০ পাল্লগ চক সুরে হায়ন কংলৈ খুলগারক-পদা থংজিংন খোংগৎলকএ॥ অসিগী মতুংতা তাইবংপালবতা খাবী লাইতো ফানা খোংব হাল্লবদি মামিং যুম্নাক হাইগে॥

নাহাবা মোইরেংচামন খোংব হাললে। অসিগী মাতুংতা তাইবং-পানবনা খো নব হাইতুনা খোমনা মক ওইরে। যুকয়ু হাইমৈ চোনগী রুননা তিংএ। রুনম্মক—রুতোং হাপএ॥ চৈচিংতী নোংসবিকনা ওইরে॥ মারি অনিমা ও সামুতোল অযাংবা ফাঙৈ সমথরকপা নোংসাগোল অপাই-বগী মামৈনা মারি ওইরে॥

সনা খোংনাং লৈমগী সামাতোল ফাবাগী খোংলি মাসুং তমনা লংনা চুমপুল ওইরে॥ অসিগী মতুংত খোইতোম মালতোম অনি মানা কে-কে কংলৈলম খোলসকঙৈতো খোংলমএ। অসিগী মতুংতা অসৈপানা সকএ॥ নিংঙোল য়াইসাপানা খুৎলৈ অয়াম্ব পুথোকতানা খোংএ। অসিগী মতুংতা খোইমোম লাইয়িংথৌ থানা-চাউব সলথোং মোরিবানা নোংচুপ খোংনাং মায়াং তখেল-খোমমা কৌনা পোকলুঙৈতা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী হাকথক্তা খোমানা যুপি পুথোকলক্তুনা খোমতগী মুপিনা সিললে॥ চৈজিংতী তেতনৌ যোৎ কোনন সিললে॥ সারিকতী সেলনা হৈরে॥ অসিগী মতুংতা পামহৈব হাকথক্তা অসৈব তিম্নরমই॥ পেনা লোইসং লিংএ॥ পেনা সংলাকপা হংপলে॥ হননাবা হিদংমু হাপলে।

সমপৎন মতেক থরদং সৎকৎচরগ ইথোকচবনি। পুয়া কয়াদ ঐখোয়ন থেংনৈ খাগেম্ব নিংথৌ মমাংদগী ঐখোয়গী চাউখৎলোন য়োৎ

মুবগী থাং-তা সাবগী কোন হৈবগী অমসুং মথল কয়াগী খুৎসা হৈবগী পোৎথোক কয়াগী য়ারি মতাং অসিদগী হৌন পেনা অসিগী চৈজিং য়োৎন অমসুং মরুন য়ুবীন অম্নমন সিনব হৌথি। পেনা হৌরকলোনগী অকুপ্প য়ারি কয়া লোইনাইদন লৈ। য়ুবীন মরু, যোৎন চৈজীং ওইদ্রি-ঙৈগী মমাংদ লংছমন, য়ারুন, অয়াথবীন, লাকন থরোইন, উরুন মরু ওইরমবগী চৈজিংন উরৈরোমন অমসুং মরিন লং সুংন ওইরমবগী য়ারি কযা-কয়ানি। পেনা মরুন মালেম ইমাগী মসক্তি, চৈজিংন পঙ্গো ইপা কোরৌ নোংথৌগী মসক্তি, য়াল্লিব সরিকন মিহুল ১০৮ গী মসক্তি হায়ন 'পেনা মৈহৌবরোন' কৌব পুয়াদ মরিক চুমন য়াউরি। লাতম অসি সাংলব কয়াহুগী মরুম লৈতবন সমপৎন থর থক লৌথৎচবতনি।

## য়ারোইসিন

ঙসি-ঙসিমক পেনা মমি সামলকপগুম ঐখোযন উরি। পেনা হায়-বসি সনামহি লাইনিংগ য়াম্ন মবি লৈনব ইনাৎকী মাংফত্রব লনগৈ-পুক্কে অমনি পেনা মুংখিব হায়বসি ইনাৎকী অচৌব অমাংব অম সুংসোই সোইদন ওইগনি। ঙসি-ঙসিমক কংলৈ ফুরুপ অসিবু মসক তাকলিব, মপানলমদ ঐখোয়বু মসক থোকহল্লীব ইনাৎকী অমত্ত ঙাইরব অতুগুম্ব পেনানি। মসিগী মমল ঙসিগী মীরোলন থংফম থোকই।

মৈন-য়াই-তাংন-সম মসিবু চাউখৎহনব অমসুং য়োকথৎপ হাযবসি ফুরুপ অসিগী তঙাইফত্রব থৌদাংনি। পেনা মুংখিব হায়বসিমক ফুরুপ অসিগী ইনাৎত, লাইনিং লম্বীদ, সকতমদ, লোইনসিলোন্দ অমসুং চাউখৎলোন্দ ১০০ দ ৫০ দি মমি সামলবনি হায়বদ হায়মনব থোক্লোই। অথুবু ঙসিফাওব লোইসং অমত্তন পেনা য়োকথৎনবগী অমসুং তম্বীনবগী থৌরাং তৌদ্রি মসিমক ফুরুপ অসিগী মরাইবক থিবনি। অথুবু কনদবদি য়াদে। ঈনাৎকী অমত্ত ঙাইরব পেনা হিংহনসি ফুরুপসিগীদমক। +

## ওফিস ওফ দি

## মলটি ইন্দষ্ট্রীয়েল সেলফ ইমপ্লোটস কো-ওপরেটিপ সোসাইটি লিঃ

( পাওনা বজার গোর্ভনর মনিং রোড, ) ইম্ফাল।

# খংহনজবা

## BE-INDIAN : BUY MANIPUR PRODUCTS

শেনথোক মরাং কাযদবা লমদমসিদা ছিংনবগীদমক থবক শুজনবা ইন্দষ্ট্রীয়েল সেন্তর লৈতবদগী ছিংনবা হোৎনবদা রানরবা মতমসিদা ইরপাকচাশিংদা অশুম্ব মতেং থরদংত ওইববস্র পাংনবগী-দমক শেমগৎচবা "দি মলটি ইন্দষ্ট্রীয়েল সেলফ ইমপ্লোইটস কো ওপরেটিপ সোসাইটি লিমিটেটনা খুৎ-শা হৈবগী থবক তৌজগে খনবা থবক ফংন্ত্রিব মীওইশিংদা অশুম্বা মতেং পীজরি।

হৌজিক হৌজিকমক ষ্টেসনরি ইউনিট ৫৮ ( য়াংথৈ লিপাল ) থক সোসাইটিসিগা লোয়ননা থবক পাযথৎলে। ইউনিটশিংসিনা পুথোকচবা মখাগী পোৎলমশিংসি লমদমসিগী প্রজাশিংনা লৈবীহুনা খুৎ-শা হৈবগী শিলমবু চাওখৎহনবীয় লোযননা ইশাগী পোৎথোক ইশানা শিজীন্নবিয়ু হায়না মিসেকসকী মাযকৈদগী নোম্নকপগ-লোয়ননা হাযজবি।

মিসেকসনা পুথোকচবা পোৎলমশিং :-

১। ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদমক অহোংবা মমলদা অফবা চেনা শাবা Exercise books মখল খুদিংগী ফংবীগনি।

২। English Medium School শিংনা মশা-মশাগী স্কুলগী মিংদা পাম্বা Exercise books মখল খুদিংগী ওরদর তৌবি-বা য়াগনি।

৩। ওফিসারশিংগীদমক স্পিসিয়েল ওইনা শাবা বোর্ড ফাইল হোংনা ফংবিগনি।

৪। ফাইল কোভরস স্পিসিয়েল প্রোডকসন অতাবা মমলদা ফংবিগনি।

৫। নিংথিনা শারবা রেজিস্তারশিং হোংনা ফংবীগনি।

৬। রেদিমেদ কেশ মেমো চলান বুকস ১দি নোট বুকস অহোংবা মমলদা থমজরি।

৭। বোল পেনগী রিফিন মনিপুরদা শাবা হোংনা ফংবীগনি।

৮। থৌদোক খুদিংগী অনম্বা কার্বোন হোংনা ফংবীগনি।

# পুন্সিরোল-মচা

—য়ুম্নাম চন্দ্র কংলৈম

কংলৈপাক্কী মাঙলমচংকী পাথৌ কযান চহি ১০০ রেম্ন পুন্সিরবগী ব্বারী য়াম্ন লৈরম্লিব অসি "পুন্সিরোন-মচা" অমস্যুং "পুন্সিরোন-অচৌব" কৌব কাংলোন ২ অসিগী পাথৈননি। পুন্সিরোন-মচা হায়বন শোংমগী মিংকপ হেক থোরকপ অমুক্কী সরুকগী হয়েংগী মিকপ হেক থোরকপ মিংকুপ অতুক্কাওবগী য়ুথক ৮-গী কাংলোন পরীং অদুবু খঙনৈ। পুন্সিরোন-অচৌব হায়নন ঈপাগী পীবুকন্নুংদ থাবুং ২ ঈমাগী পীবুকন্নুংদ থাবুং ১০ নাউপুরকপ মতমদগী মীওইবন তাই-বংপান্দ পোক্লকুন সিবকাওগী অসাংব কাংলোন অসিবু খঙনৈ।

সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী য়ুমফম:—সলাই পুন্সিফমগী মথাদ "সলাই কাংলোন সিন্দমসং" হায়ব কাংলোনসিংগী মহৈ তম্ফমসং অসি লিংখৎতুন লৈ। সিন্দমসং অসিদ সিল্লম ৩ খক্ত সিন্দম (ট্রেনিং) পি, মহৈ (ইডুকেসন) পি। সিল্লম অতুদি—(i) পুন্সিরোন-লাইনিং (ii) পুন্সিরোন-হুন্না অমস্যুং (iii) পুন্সিরোন-থৌনা অসিনি। সিল্লম খুদিংগী সিন্থাক (ক্লাস, স্তেন্দার্দ) ৭/৭ লৈ। পুল্লগ সিন্থাক ৭ X সিল্লম ৩= সিন্থাক ২১ লৈ। সিন্থাক (ক্লাস, স্তেন্দার্দ) খুদিংগী সিনথাক (সব্জেক্ত) কয়া থোক্ল অমুক থাযদোক্লি। মম্ন হায়রবদ সলাই কাংলোন সিন্দমসং অসি সনামহী লাইনিং, হুয়েন লাংলোন, সাজেল কাংলোনসিং, চিংখৈ-রোনসিং, চিনজাক কাংলোন, নিংসা কাংলোন, পুক্লিং কাংলোন, পুন্সিদ ঈথৌদাং পাংথোকপগী অমদি পুন্সিরোন-মচা পুন্সিরোন অচৌবগী অমত্ত ডাযরিব, অনি সুম্লিব অমদি খ্বাইদগী ইহান হাব সিন্দমফম (একাদেমি) অমনি। সনামহী লাইনিং, পুন্সিরোন অমস্যুং থৌদাকাং-লোনবু থাক নাইন তম্নবগী তম্ফমসং অসি সলাই কাংলোন সিন্দমসং অসি নত্তন অতৈ অমত্ত লৈত্রবনি।

অসিগুম্ব সলাই কাংলোন সিন্দমসং অসিগী সিল্লম পুম্নমক "পুন্সিরোন মচা" অমস্যুং "পুন্সিরোন-অচৌব" ২ সিদ য়ুক্কম ওই। পুন্সিরোন্ন

য়াংলেন সরু ওইরগ শিক্ষম-(ট্রেনিং) পুরবক পি। পুজিরোন ২ অমিগী মহুৎদ পুজিরোন-মচা অসিন অথয়ন হৌবদগী লোইবকা ওব ফুকম ওইরি।

চক্কম তানব কাংলোম :— "চক্কম-তানব" কাংলোন অসি পুজিরোন-মচাগী য়ায় মরু ওইগ্রব সরুক অমনি। মরমদি মীওইবন চঙ্গরগ লিংলি। অমত্তোমদ চাবদগী লায়না কয়া ওইখি, চাবদগী কয়াং কয়া মওং মখিল নাইরক্তে, চাবদগী পুক কংথোরকই, চাবদগী পুক থাগৎলকই, চাবদগী হুংলং পল্লকই, চাবদগী খিনব লেংব য়েকপ পোল্লকই, চাবদগী চাকথাউগী অলসরনচিংব লায়না কয়া পল্লকই.। কাংলোন অসিনা পুজিরোন চংলবদি পুরমক্তগী কনব ওমই। পাম্বৈসিংগী মহুৎদ চাব তোল্লকপগী "চক্কম-তানব' হায়ব সাজেল অসি য়াম্ন মরু ওইব অমনি। মালেমসিংগী অতৈ লৈবাকসিংদ চাব লোইবগী সাজেল অসি লৈতে। অদুন কংলৈপাকী চাউরব থুদোল অম ওইকম থোক্লবনি। ঐখোয়না চেকসিন্না থমকম থোকই।

মওং : (i) চাক্লেন চাব লোইরগ (অদুক হুংথিলদগী মমিদাং-গীনু) খোঙকাপ ১০০ দং থুং ২ মক থাদরগ য়াইমরপ হাইফ্রুন. থজিন থজিক্তং সিংচিল্লগ চনিং নিং-তম্ন থাদোক্তুন নিংসা হোল্লগ চংকনি। খোঙথাঙসু খোঙকাপসু য়াইমরপকী চাংদ থুগনি, লাউগনি। য়ায় থুব, লাওন কাথনচিংব তৌরোই।

(ii) খোঙকাপ ১০০ নিংতম্ন চংলুরগ মায় চিংথৈ নক্তগ লোংপোক ওন্দুন ফমথব য়াব ফিদা অমদ ফমথগনি। সক্তমদ (কোতো ব্লোক) উংলিব অম্রুম য়াং তিংন, মায় খেক্তংন, খোঙনম লৈতাহন পাংথাক্লন ফব ফক্কমগী থৈগল মরু ২ দ থুংয়েং-ওই লোংথোক্ল থুংতোম কৈক-কময়া-রোমদ চিকসিন্না তিংন থম্লগ থুং ২ অহুদ থবাকী অক্লব থজিক্তং পিল্লগ মিংয়েং চুম্ন য়েংহুন ফমগনি। (মতাং অসিদ সাজেল কোয়থ লাইরোল ১ য়াঙরি, মহুদি মতাং তাম্নবন হাপচল্লে)।



সলাই কাংলোন শিন্দমসংন মীযামদ কাংলোনগী নৈনব ফোংদোকপ হৌজরে। মথংদ সকুম হাপ্নিব "নোংমাব যিথুপ" অসিগী মবমদ নৈনব অমদি কান্নবনচিংব ফোংদোকচগনি।

মথক্কী অস্থুম্ন ওইরোমদ অমুক তপ্ন তপ্ন নিংসা হান্দোকপগ ইরোয়নন য়েৎথংবগী খোংপাক মরু উড্রিব ফাওব লৈথোরক্রগ অমুক অহানবগী ফিথ্প্ত হনজিনগনি। অস্থুম্ন য়েংলোম ওইরোম হন্দোক হনাক্তল অসি ৩ লক হম্ন সান্নগনি। থুংলৈ খুদিং চনিং তান তপ্ন তপ্ন তৌবিগদবনি।' (তুম্নমদাই চফম-তানব সাজেলদদি ৫ রক তৌগনি)।

(v) ৩ লক স্থবত্থ হেক লোইবগ নিংসা অসি থবাক্কী সরূ পোল্লাং-সিং (রিবসিং) অসি ফন্দোক্লগ তপ্ন সাংন হুসিংকী চাংস্থ থন্ন হেন্ন চিংসিনগনি। অহুগ ফন্দোকখিব থবাক্কী সরূসিং অহু অহুম ফান্দাক্তুন থম্লগ নিংসা তপ্ন তপ্ন হোন্দোক্কনি, হোন্দোকপগী হুংসিংকী চাংস্থ চুম্ন হোন্দোকপগী চাংদগী সরুক ২/৩ (৩ খোকপগী ২) হেন্ন থাদোক্কনি।

(vi) নিংলা হোন্দোকপ লোইরগ কন্দোকখিব থবাকী সরুক অমি তম্ব তপ্প ফসাগী মহৌসা কিন্তমদ হনজিনহনগনি।

(vii) থবাক কন্দোক্লগ নিংলা সাংন হোঙ্গোরকপগী মতমদ পুক্লিংন চাকখাউ, থিবোং থিরিল অমদি অতৈ কিরাক ( লিভর ), পৈ, মরিংখা, ঈসিং য়াকম ওই-রেং, থম্মোয় অমম্বুং খোয়ালন অমিদ ঞৈরম্ব কিথ্‌প তারমদব অমদি মুংসিং মুংহুম হেলম্ব চাউরম্ব পুম্নমক লোইন চৎথ্রে, হোন্দোকখ্রিব নিংলাগ লোয়নন মপান্দ খোকথ্রে অম্মুম থনগনি। থনবত্ত নত্তন থক্সিবসিমক হকচাংদ কাওব ওয়নব হয় হয় ঔয়াইরবগী মথৌম্‌ তাই।

(viii) মথকীসিং অমি পাংথোকপদ মিনিৎ ১ গ সেকেন্দ থরগদগী হেন্না চংদ্রোই। অত্তেনব কাংলোন পরিং অসি লোইরগ মসীং (i) মুবগী য়াংথিন চুম্ন ফম্ব কিথ্‌প অম্দ মিঃ ৫ দগী ১০ ফাওব মতাংগী মতুং ইন্না ফন্নহুন চনিং তান নৈগনি। (মতম ফংব্রবম্ মিৎকুপ থরদং কয়গ য়াই)

চক্ষম তানব কাংলোনগী কান্নব :—চক্ষম তানব হায়ব পুস্নিরোল মচাগী কাংলোন অসিন মথল কয়াগী কান্নব পি। অম্বু পাক চাউন নৈনবগী মফম ফংদব মরম মথাগী থর অমিদং মপুংদ লৌখৎচরি।

(i) থুদক্ত থবক সুব ওমহন্নিং— চাকচা তোকপ হায়বসি অচৌব থবক্তি লায়রহুন চুম্ন চৎপফাওব পুকচেৎ নাতুন পুকন্নুংদ অমাত অতা থোকহল্ল। অম্বু চক্ষম-তানবগী ফাংলোন নিংথিন সান্নব মী অম্নুদি তঙাই মত্রবদি থুদক্ত অকনব থবক সুব ওম্মী। পুন্নিরোল চৎপদ মায় পাক্লব পুন্নিরোল কয়াদি চাকচাব তোক্লগ লমজেলফাওব হকচাং সোরহঙ্গন চেনব ওম্মী। অদুন সাজেন অসিগী কান্নব অমি খুনকুমক্তম মসিগী কান্নবসি পুক্নিংদ মতোমত ফাওবিরকনি। অহানব ওইন চাকচা তোকপ অমদ অমুক্তং য়েংথোকপিয়ু।

(ii) পুক থাগৎপ কহল্লি :–সাজেল সান্নদব মী অমাম চাল্লিনবন হেন্নগ পুক থাগত্তুন লান্নবা কগা পোল্লকই। পুক থাগৎপগী খুদোং-থিব অসি সাজেল অসিন চাং য়াম্ন হন্নহল্লি।

(iii) সদৌ থোংব ফহল্লী:—মীওইব খুদিংমক লিগদব মপোক্নি। হকচাং সোম্বন্নবদ থবোম্বী অসি সাজেল নিংথিন সান্নবিদবদগী ওম্বোক্ন য়ান নিংসা হোল্লকই। মহুবু সদৌ থোংব কৌই। সিরমদাইগী সদৌ থোংব অসিন পুল্লিগী খ্বাইদগী থাংবদ য়ান্নব পোৎলুম অম মী খুদিংমক্ত ওইরি। সদৌ থোংবগী অৱাব অসি চকম-তানব সাজেল নিংথিন সান্নথিব মীসিংগী মফমদদি লৈতে। অমুক চাউরব অৱাব অসি কোকহনবসিন চকম-তানব সাজেলগী য়াম্ন অথন্নব কান্নব অমনি।

(iv) সান্নরোই অম ওইব ওমহল্লি :—মালেম পুম্বদ সান্নরোয়সিংগী চাউরব থৌদাং লাক্লে। অফব সান্নরোয় অমুকী মতিক পুথোকপ ওম্ব লৈপাক অচু ওসিন্নী মালেমসিদ ওম্বোক্ন ইকাই খুম্নরক্লি। অসিগুম্ব ইকাই খুম্নব অসি কংলৈচাসিংগী সরুক য়াওরম থোকই পান্দম অসি তানথংনব হোংনবদ চকম-তানব কাংলোন অসিন অগুকপ কংনমতেং পাংই। চাকথাউমী, ফিরাক্কী, থিবোং থিরিলগী, পৈগী, থম্মোয়গী ফিতম কান্নহন্দন থম্বদ অচোব মতেং পাংব মরম্ন পুকী সরুক অসি মসা য়াংন থম্বদ কাংলোন অসি মপা লৈত্রব প্যাম্বেনি।

কংলৈপাক্কী কংলৈ পাম্বৌ সামান্নব সাথেংনবদ মীথা থান্নক্কব, সাফা য়াওম তানবদ মমায় পীকথিব পুম্নমক পুল্লিরোন চংথিব, চকম-তানব সাজেল সান্নথিব ওাক্কনি।

(v) পুক্লিং লাকসিনব ওমহল্লি :—নোংমগী চারা তানব মতমদ পুক্লিং লৈতাথিদব, চরাংনন চাকলেন চাথিব মী অচু চনিং তাগন্দে। মসিন পুক্লিংগী অকায়ব ক্য়া তুংগী পুনসিদ লাকই (এনজাইতি, রেস্ট-লেসনেস, এবসেন্ত মাইন্দেদনচিংব)। পুক্লিং লৈতাহনবদ চকম-তানব কাংলোন হায়নিংঙাই লৈতন মতেং পাংই।

(IV) পুন্সি নুংসাংহল্লিঃ— পুন্সিদ চাকখাউন নহা ওইবিবমখৈ চহিদ অহল ওইরবসু হিংবগী মমল থক মাওদে। অতুন চাকখাউগী হায়নিংঙাই লৈতন ফরব চফম-তানব কাংলোন অসিন মীবু মতম সাংন হিংবগী মমল লৈন পুনসিহনব ওম্মী।

(VII) থিনব লেংব অঙ্গং অসু কাব ফহল্লি :—চাখ্রিব চিঙ্গারু চফম নিংথিন তানখিত্রবদি ফমজিনব, থবক মুজিনব নত্রগ তুমসিনবন-চিংব তৌসিনবদগী অথিন-অরেং, অঙ্গং অসু কাব, মুংসিং পৈখৎপনচিংব লায়না কয়া থোকহন্দুন মমৈদ মসা ফত্তব মী ওইরকই। পুন্নমক অসি চফম-তানব সাজেলন কোকহল্লি।

(VIII) য়াংলেন অমসুং খ্বাংদ হায়নিংঙাই লৈতন কান্নহল্লিঃ-তুংলৈ-মাংলৈ, যাংলৈ-খ্বাংলৈ, ঙক্লৈ-লেংলৈ,-পুক্লৈ-থারৈ হায়তুন হক-চাংগী কয়াৎসিং তপ্প তপ্প লৈথোক লৈসিন সান্নবসিন কয়াৎসিংগী মকল (মশল) মযামদ ঈ চেনহনব অমদি মপাঙ্গল পিব মরম্ম মরু ওইব হকচাংগী অরুম্ব পুরিব য়াং অমদি খ্বাংদ হায়নিংঙাই লৈতন কান্নব পি। খ্বাং-য়াংলেন নাব, মুংসিং মুংহুম চংতুন চিনব কোকহল্লি।

সাজেল পুন্নমক্কা মকোক্তি যাং অমসুং খ্বাংগী সাজেল অসিনি। মফম ২ অসি মীতৈগী পুন্সিবোন্দ য়াম্ন চেকসিন্ন থম্মী। চংলবসু, লেপ্পবসু, ফম্নবসু য়াং অমসুং খ্বাংদি হকচাংগী অরুম্ব তংখায় অমদি অতুম পুতুন নোংঙানবদগী তুম্নমদাইযাওবদ লৈ।

(IX) ঙকসম মবি অমসুং কোক্কী সরুক্ত কান্নহল্লি ঃ— ঙক্লৈ লোংলৈ. য়াংলৈ-খ্বাংলৈ হাযতুন চফম-তানবদ য়াওরিব সরুকসিং অসিন ঙকসম মরীল অমদি কোক্ক সরুক্ত অঙকপ ফংন কান্নব পি। থেক্তোক থেকচিনগী সাজেল সান্নব য়াদব সরুতন কুপ্পুন লৈব কোক্কী সরুক্ত মুংসিং মুংহুম চিন্দুন লৈখ্রবদি মতন সাথিব অকায়্নব পিরকই। চাং নাইব চফম তানবগী কাংলোন চৎপ মী অমগী পুন্সিদ কা হেনজিনব থবক তৌসিনব নত্তবদ খুদোংথিবসিং অসি লাকনি হায়বগী চিংনিং-ঙাই করিমত্ত লৈতে।

এখোযন সলাই কাংলোন সিন্দমসংদ ওমজব মতমদাদ য়াম্ন পাক চাউন তাকপি। অতুবু অতেনব ব্রাবেং মচাসিদাদি চরওইব খরতমক লোথৎচবনি। লোথৎচরিবসিসু এখোয়ন চাংয়েং কয়া তৌজতুন চুম্নে থওলব অরেপ্প ব্রাফম ঙাক্তনি। *

*Regd. No. R.N. 34203/79 New Delhi* | *Kangleikhol/Rs 5·00*



*To*

**Subscriber No.** ______

**Name** ____________________

**Occupation** ____________________

**Address** ____________________

____________ **P. O,** ____________________

____________________

**If undelivered please return to the Kangleikhol,**
**R. M. C. Road, Imphal—795001, KANGLEIPAK**

## কংলৈখোল লৌবগী সেন্দা

১। চেক্ফোং ১গী মমল লুপা ৫.০০
২। থা ৩কী মমল লুপা ১৫.০০
৩। থা ৬কী মমল লুপা ২৮ ০০
৪। চহি ১গী মমল লুপা ৫৫ ০০

—পোস্ত থাবগী ১মল :—

১। থা ৩গী মমল লুপা ১৭.০০
২। থা ৬কী লুপা ৩০ ০০
৩। চহি ১গী লুপা ৬০ ০০

সেল থাবীরকপ মতমদ M. O. গী মনিংদ ঔসাগী মিং লৈফম থাবীরকউ। লোয়নন সংলেন্দগী লাইব্রিক থাবিরক্লব খঙহনবীরকপ মতমদ এদভান্স ওইন সেল থাবিরক্লবস্থ নীংসিংজরি।

এনজী, কাংজিয়ান খোরী লাংজহন সলাই পুন্সিফমগীদমক
গীতা প্রিন্তরস, কাংঙবম লৈকাইদ নম্নগ ইম্ফালদ ফোংদোকচব